অঙাংগী

# লাইফদিবী কুন্থ্রানিথোই



রাজকুমার শ্রীমাহল সিংহ বি-কম্

# অঙাংবী

# লাইকদিবী কুন্থ্রানিথোই

বীর টেকেন্দ্রজিং সিংহ, থঙাল জেনরেল
অসিনচিংবা লাইরিক লেংবা
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী সভাপতি
রাজকুমার শ্রীসনাহল সিংহ বি-কমনা
লেংবা ।

রাজকুমার পব্লিকেসন্স
থাংমৈবন্দ খোয়াথোং
ইম্ফাল, মণিপুর।

**ANGANG-GI LAIPHADIBI KUNTHRANITHOI :** *Stories told by thirtytwo puppets about the glories of King Vikramaditya by Rajkumar Snahal Singh B-Com. Published by Rajkumar Publications, Thangmeiband, Khoyathong, Imphal, Manipur.*

---

অহানবা কোঙ্বা
১৯৮১ ইং

শ্রীমতি রাহেংবম নিংভোল
ইবেমচা দেবীনা রাজকুমার পব্লিকেসনস্কী
ওইনা থাংমৈবন্দ, খোয়াথোং, ইম্ফাল, মণিপুরদা
কোঙজবা ।

শীতা প্রিন্টরস, লাম্বার কৈশামপাৎ,
ইম্ফালদা ছাপা তৌবা ।

মমল : লুপা ৬·০০

# ৱাহৌদোক

অঙাংশিংনা ভুংগী জাতিগী য়ুম্বী ওইগদৌরিবনি। অতৈ অতৈ জাতিগী অঙাংশিংগীদি মখোয় মখোয়গী মমারোন্দা পাননবা লাইরিক য়াম্না লৈ। ঐখোয় মণিপুরগী অঙাংশিংগীদী পাননবা লাইছিক মশীং পংথাম য়ামদে। বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতিক মগুণ থাগৎতুনা লাইকদিবী কুম্থ্রানিথোইনা লীবা য়ারী কুম্থ্রানিথোই অসি অঙাংশিংনা পাবদা থরগীমথৈ কাম্বা ফংগনি হায়না থজহনা অঙাংগী লাইকদিবী কুম্থ্রানিথোই হায়বা লাইরিক অসি ইজবনি। অঙাংশিংনা লাইরিক অসি পারগা মসিদগী থরমথৈ কাম্বা ফংলবদি লাইরিক ইবনা হোৎনজমল মহৈ য়াম্লে থজগনি।

রাজকুমার শ্রীমাহল সিংহ

# য়াওক্রম


| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১বা লাইফদিবী | — | মিশ্রকেশী | — | ১ |
| ২বা লাইফদিবী | — | প্রভাবতী | — | ৩ |
| ৩বা লাইফদিবী | — | সুপ্রভা | — | ৭ |
| ৪বা লাইফদিবী | — | ইন্দ্রসেনা | — | ১০ |
| ৫বা লাইফদিবী | — | সুদতী | — | ১৪ |
| ৬বা লাইফদিবী | — | অনঙ্গ-নয়না | — | ১৬ |
| ৭বা লাইফদিবী | — | কুরঙ্গ-নয়না | — | ১৮ |
| ৮বা লাইফদিবী | — | লাবর্ণ্যবতী | — | ২০ |
| ৯বা লাইফদিবী | — | কাম-কলিকা | — | ২৪ |
| ১০বা লাইফদিবী | — | চণ্ডিকা | — | ২৮ |
| ১১বা লাইফদিবী | — | বিদ্যাধরী | — | ৩০ |
| ১২বা লাইফদিবী | — | প্রজ্ঞাবতী | — | ৩৩ |
| ১৩বা লাইফদিবী | — | জনমোহিনী | — | ৩৭ |
| ১৪বা লাইফদিবী | — | বিদ্যাবতী | — | ৩৯ |
| ১৫বা লাইফদিবী | — | নিরুপমা | — | ৪৩ |
| ১৬বা লাইফদিবী | — | হরিনধ্যা | — | ৪৫ |
| ১৭বা লাইফদিবী | — | মদনসুন্দরী | — | ৪৮ |
| ১৮বা লাইফদিবী | — | বিলাস-রসিকা | — | ৫২ |
| ১৯বা লাইফদিবী | — | শৃঙ্গার-কলিকা | — | ৫৫ |
| ২০বা লাইফদিবী | — | মন্মথ-সঞ্জীবনী | — | ৫৯ |
| ২১বা লাইফদিবী | — | রতিলীলা | — | ৬৩ |
| ২২বা লাইফদিবী | — | মদনবতী | — | ৬৮ |
| ২৩বা লাইফদিবী | — | চিত্ররেখা | — | ৭১ |
| ২৪বা লাইফদিবী | — | সুভগা | — | ৭৩ |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ২৫বা লাইফদিবী | — | প্রিয়দর্শনা | — | ৭৭ |
| ২৬বা লাইফদিবী | — | কামোন্মাদিনী | — | ৭৯ |
| ২৭বা লাইফদিবী | — | সুখসাগরা | — | ৮২ |
| ২৮বা লাইফদিবী | — | শশীকলা | — | ৮৪ |
| ২৯বা লাইফদিবী | — | চন্দ্ররেখা | — | ৮৭ |
| ৩০বা লাইফদিবী | — | হংসগামিনী | — | ৮৯ |
| ৩১বা লাইফদিবী | — | রসবতী | — | ৯৩ |
| ৩২বা লাইফদিবী | — | উন্মাদিনী | — | ৯৭ |

# অঙাংগী লাইফদিবী

## কুন্থ্রানিথাই

### অহানবা লাইফদিবী—মিশ্রকেশী

উজ্জয়িনীগী নিংথৌ ভোজনা লাইগী থৌজান্দগী লাইফদিবী কুন্থ্রানিথোইগী সিংহাসন অমা ফংখি। হায়রিবা সিংহাসন অসিদি দেবরাজ ইন্দ্রনা উজ্জয়িনীগী নিংথৌ ওইরম্ব বিক্রমাদিত্যদা স্বর্গগী অগোইশাবীশিংগী বিচার মতৌদা পেন্দনা পিরকপনি। সিংহাসন অসি ফংবদা ভোজ নিংথৌনা যাগ-যজ্ঞ অমসুং হোম তৌখি। মহাক্না সিংহাসন অদু থম্মনবা চাওরবা মন্দির অমা শারমই। ভোজ নিংথৌনা সিংহাসন অদুদা লেংশংকদবা মতম অদু লৈবাক অদুগী হৈ-শিংলবা জ্যোতিষনা পিরমই। উজ্জয়িনী লৈবাক অদু কুংঙাইবগী ঈথক হৌরমই। ভোজ নিংথৌনা লৈত-লাইরবা ব্রাহ্মণ-পণ্ডিতশিংদা হায়নিংঙাই লৈতনা দান তৌরমই

ভোজ নিংথৌ অদু অয়াম্বা তীর্থগী ঈশিংনা চাইথরে। অদুগী তুংদা মহাক য়াইঙং মচু শংবা ফিজোল হোংদুনা সিংহাসন থম্মিবা মফম অদুদা লেংগ্রে। মাইকৈ মবিমক পুং, করতাল, কাংশি অমসুং শেম্বুংগী মথোল্লা হৌনিল-নিলগ্রে। ব্রাহ্মণশিংনা বেদ-মন্ত্র থিবা হৌগ্রে। জ্যোতিষনা পিবা মতম যৌরক্লবদা ভোজ নিংথৌনা সিংহাসন অদুদা লেংথংকে হায়দুনা ইহান হানবা লাইফদিবী মিশ্রকেশীগী মকোক্তা মখোং চেক থাঙংপা অদুদা ওন্থোকপগী মতৌনি, লাইফদিবী অদু কাক্ ফাক্ নোক্লমই।

তৌরিবা মতৌ অসিদা ভোজ নিংথৌ অদু ইঙক চক্লমই। মহাক সিংহাসনদা কাখৎপা ঙমখিদ্রে।

মহাক লৈরগা মিশ্রকেশী হায়রিবা ইহান হানবা লাইফদিবী অসিনা ভাইবং মীগুম্না হায়রকই - "নিংথৌ, সিংহাসন অসি মহারাজ

## অহুমগী লাইফদিবী বুদ্ধ নিংথৌ

বিক্রমাদিত্যগী ওইরম্বনি। মহাক্কী মতৌগুম্বা মহাক্কী মগুণ লৈরবদি সিংহাসন অসিদা লেংথংপা য়াগনি, নত্রবদি লেংথংপিবা য়ারোই।"

লাইফদিবীগী মরা অসি তাবদা ভোজ নিংথৌনা হায়রমই—"মহারাজ বিক্রমাদিত্যগী করি করি মগুণ লৈবগে হায়বা অহু হায়যু, তাসি। মহু তারগা হায়রিবা গুণশিং অহু ঐগী লৈবরা লৈতবরা হায়বা অহু ঐ রাখল তৌহনা য়েংগে।" লাইফদিবী অহনা খুম্লকই "বিক্রমাদিত্য হায়রিবা নিংথৌ অহুদি মথৌনা লৈ বা, মপাঙ্গল চাওবা, মপুকচেল চাওবা অমসুং দান তৌবা হালেংলবা নিংথৌনি। হায়রিবা গুণশিং অসি লৈরবদি মহারাজসু সিংহাসন অসিদা লেংথংপিয়ু।"

লাইফদিবীগী রা অসি তাবদা ভোজ নিংথৌনা হায়রমই—"করি রানো ঐস্মু মুমিং থুদিংগী খোংতেক মিংতাংবদা অমদি লৈতত্র লাইরবশিংদা দান তৌরি, মথোয়গী অরাবা কোক্লনবা ভম্বমথৈ হোংনরি। করি তৌরে হায়রগা প্রজাশিংগী মঙ্গল ওইগদগে হায়না অদনা খন্দুনা লৈরি।"

ভোজ নিংথৌগী মরা তাবদা লাইফদিবী অহুনা নোক্লমই—"য়েংবিয়ু মহারাজ, মশাগী মগুণবু মশানা থাগংচবা অহুগুম্বা মী অহু হফবা মী নত্তে। অফবা মীনা মীগী দোষ অমসুং মশাগী মগুণ ফোংদোক্লদে।" লাইফদিবীনা ভাংথোরকপা রাভাং অসি তাবদা ভোজ নিংথৌ অহু পুমভক ভকথরে। মশাগী অরানবা অহু মশানা ফাজরে। মহাক্না হায়রমই—"মহাক্না হায়রিবা অসি অচুম্বনি। ইশাগী ইগুণবু ইশা ইথন্তনা থাগংচরুরিবা অসি ঐগী অরানবনি। অপংবা মীদনা মশানা মশাবু থাগংচবনি। ফরে, হৌজিক্তি সিংহাসন অসিগী মপু ওইরম্বা মহারাজ বিক্রমাদিত্যগী দান মতৌ অমসুং পুকচেল চাওবগী পুদন অমা তানিদুং উৎতুনা তাকউ।"

মতাং অসিদা লাইফদিবী অহুনা রারী অসি লৗরমই -"উজ্জয়িনী হায়রিবা লৈবাক অসিদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌ ওইনা পাল্লমই। মহাক অসি মমিংদা বিক্রমাদিত্য কৌবা নত্তে, মপাঙ্গলসু নুনিংকুম্না কল্লমই। লৈবাক নিংথিনা ডাকপা মরম্না মরৈবাক অহু মরা তপ্পা ইংনা পাল্লমই। মহাক্কী রায়েন-চৈরাক ফডবা মরম্না লৈবাক অহুদা হরান চিম্থি-লৈরমদে। বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা মগুণ লৈবা মীশিংবু ইকাই খুম্নবা উৎলমই অমসুং দান তৌবদা মপা লৈরমদে। মহারাজনা সনা তাঙ্কা লিশিং অমদগী তানা কনাগুম্বা অমদা দান তৌরমদে মতৌন্দা চংজরুবা মী অমতা অসিগুম্বা দান অসি ফংদনা হল্লমদে। মহাক্না থংন চান্নবা শেল নিরা মীশিংদা সনা তাঙ্কা লিশিং তরা, সারুশিংদা সনা তাঙ্কা লক্ষ অমা, মগুণ লৈবা মীশিংগী থবক্তা পেনবিহুনা সনা তাঙ্কা কোটি অমা দান তৌরমই। মসি মহাক্কী নিয়মনি। নিয়ম অসি-মহাক্না কৈদৌউদসু কায়না চংশনদে, মহারাজ, নহাক বিক্রমাদিত্যগুম্বা নথৌনা ফত্রা? নহাক্না মহাক্কুম লৈবাক ডাকপা ঙমব্রা? মহাক্কুম্না নহাক দান তৌবা ঙমদ্রা? উখিরবদি সিংহাসন অসিদা লেংথৎপিরকউ।"

লাইফদিবীগী মরা তাবনা ভোজ নিংথৌবা ডাংবা থোক-খিদে। মহাক লাইফদিবী অহুনা পাউ ম অমতা পিবা ঙমথিদে।

# অনিশুবা লাইফদিবী

## প্রভাবতী

মথংগী নুমিৎতা ভোজ নিংথৌনা সিংহাসন অদুদা ফমগে হায়-রুরুন অনিশুবা লাইফদিবী প্রভাবতীগী মকোক্তা মথোং থাঙ্গৎলমই। মখোক অহুমক্তদা হায়রিবা লাইফদিবী অসিনা তাইবং মীগুম্না হায়-রকই "নিংথৌ, মহারাজ বিক্রমাদিত্যগী মতৌগুম্না নহাক্কী মগুণ

লৈরবদি সিংহাসন অসিদা লেংখৎপিবা য়াগনি, নত্রবদি লেংখৎপিবা য়ারোই।" রা অসি তাবদা ভোজ নিংথৌনা হায়রমই—"মহাক্কী মগুণ হায়য়ু, তাসি। মতু তারগা ঐগী ইগুণ করি লৈবা হায়বা অতু য়েংগে।"

মতাং অসিদা তানিশুবা লাইফদিবী এভাবতীনা মহারাজ বিক্রমাদিত্যগী মগুণ ফোংদোকপা রারী অসি হীরমই - "তাবি: ভোজ নিংথৌ, বিক্রমাদিত্যগী মগুণ হায়জগে। পৃথিবীগী করম্ব মকমদা অঙকপা পোৎ লৈবগে হায়বা অতু খঙনিংলমই। মসিগী দমক্তা মহাক্না মরৈবাক্তা লৈরিবা অরোনবা পাও লৌবা মী পুম্নমকপু কৌখৎলগা হায়রমই—'নখোয়না করম্বা লৈরাক্তা করম্ব অঙকপা পোৎ লৈবগে হায়বা অতু য়েংথোকলুরগা ঐদোম্না পাপিরো। অঙক-অঙকপা পোৎ-চৈ লৈবাক অতুদা চৎলগা পোৎশি অতু মিৎ পেন্না য়েংগে। মতু য়েংলগা বুদ্ধি লৌশিং চাওখৎকনি

বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী য়াথং হেক কংবগ অরোনবা পা লৌবা মীশিং অতু মহে মহে অতোপ্পা লৈবাক্তা চৎনখি। মুমি খরা লৈরগা অরোনবা পাও লৌবা নিপা অমা হল্লক্লে। মহা নিংথৌদা হংখৎলমই - "মহারাজ, ঐহাক অঙকপা থৌদোক অ উজরক্লে। চিত্রকুট হায়না কৌবা চীং অতুগী মনাক্তা তপোব অমা লৈ। হায়রিবা তপোবন অসিদা মন্দির অমা লৈ; মন্দি অতুগী মনাকমক্তদা চীং অমগা লৈ। চীং অসিগী ঈফুৎতগী চে রকপা ঈশিং অতু কুণ্ড অমদা তাই। কুণ্ড অসিগী ঈশিংদা ই জরবদি পাপ কোকই হায়নৈ। ব্রাহ্মণ অমা কুণ্ড অতুগী মনা যজ্ঞ তৌহুনা লৈহৌই। মহাক্না মফমতুদা যজ্ঞ তৌহুনা লৈরিবা অ চহি কয়া শুরবগে হায়বা কনা অমতনা হায়বা ঙম্লমদে। যজ্ঞগী উ অতুতনা চীংমুক রাংনা পৈখৎলমই। হায়রিবা ব্রাহ্মণ অসি পুম্ব লৈবা মীতগা রারী শানৈ। অতোপ্পা অমগা রারী শানদে

মসি অঙকপনি" পাও অসি তাবদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা হায়রমই—"নংনা পূরক্লিবা পাও অসি মুংভাইবা পাওনি। ঐহাক মকম অত্থু তান্না চৎকনি।"

বিক্রমাদিত্য হায়রিবা নিংথৌ অসি তাল-বেতালগী সিজ্জ কংখিবা নিংথৌনি। তাল-বেতালগী মপান্দগী নিংথৌ অসিনা মীনা তৌবা ঙমদবা থবক কয়া কয়া পাংথোকপা ঙমখি। বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা তাল-বেতাল হেক নিংশিংবদা তাল-বেতালনা মহাকপু মহাক্লা চৎকে হায়না নিংশিবা লৈবাক অত্থু তান্না পুরমই। মকম অত্থুগী মওং-মতৌ অত্থু উবদা নিংথৌ অত্থু মবুক পেল্লমই। মহাক্লা মন্দির মমুংদা চংজ্বুনা থরাই য়াওনা লাই খুবম্নমই। অত্থুদগী নিংথৌ অত্থু কুণ্ডগী ঈশ্বিংদা ইরুজরমই। ইরুজবা লোইরগা মহাক্লা যজ্ঞ তৌরিবা মফম অত্থু তান্না চৎলমই ব্রাহ্মণ অত্থুবু থুরম্নগা মহাক্লা হংলমই "মফম অসিদা যজ্ঞ তৌত্থুনা লৈবিরিবসি কয়া কুইবিরে?"

ব্রাহ্মণ অত্থুনা খুম্নমই– "ঐনা মফম অসিদা যজ্ঞ তৌরক্লিবা অসি চহি চামা শুরে। অসি ফাওবদা ঈশ্বরনা ঐবু পেনবিদ্রি। ঐঙোন্দা দর্শন পিনবিদ্রি।"

ম্না অসি তাবদা নিংথৌমশামক যজ্ঞ অত্থুদা আহুতি পিরে। মহু ফাওবদা করিগুম্বা মহৈ অমতা ফংদ্রে। মখুৎমক্লা মকোক কক্তুনা যজ্ঞ অত্থুদা আহুতি পিরগে হায়না নিংথৌনা ৱাখল তৌরম্মী। মহাক্লা মথৃৎ-শু থাংশাং অত্থু থাঙৎতুনা মকোক কক্লগে হেক তৌবা অত্থুদা ঈশ্বর লেংলক্তুনা থাম্নমই "মহারাজ, নহাকী ভক্তিদা ঐহাক পেল্লে। নহাক্লা নিনিংবা বর অমা নিজো।"

ম্না অসি তাবদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা হায়রমই—"ব্রাহ্মণ অসিনা চহি চামা চংনা অৱাবা কয়া থাংনা যজ্ঞ তৌজরি। মঙোন্দদি দর্শন পিনবিদে। মতম থরদং থুরুমজবদা পেনবিত্থুনা ঐঙোন্দদি নহাক্লা দর্শন পিনবিরি। করি মরমদগীনো প্রভু? ননাইদি থজ্জবা ঙমজদ্রে।"

ঈশ্বরনা তাকপিরমই -' ব্রাহ্মণ অসিনা অস্থক কুইনা যজ্ঞ তৌরকপদা ঐনা পেন্দ্রিবা অসি করিগীনো অসি নত্রা? মহুগী মরমদি অতৈ অমা নত্তে, মঙোন্দা ভক্তি য়াওদে। ভক্তি য়াওদনা লাই নিংলবদি ঈশ্বরনা পেনবিদে। মতম কুইনা ঈশ্বরবু নিংলবস্থু নত্রগা মতম কুইনা যাগ-যজ্ঞ তৌরবস্থু ভক্তিবু য়াওত্রবদি মহৈ থক ফংবা য়ারোই, পুম্নমক অরেম্বনি।"

ব্রাহ্মণ অহুনা মতম কুইনা লাই নিংজবগী মহৈ ইফং ফংদবা অহুদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌ অহু মথক্সাই ইহুং হুংঙাইরমদে। মহাক্না ঈশ্বরদা হায়জরমই "ঐঙোন্দা পিনবিগদবা বর অহু ব্রাহ্মণ অসিদা পিনবিয়ু, মহাক্কী নিংজবা শুংজরসনু।"

বিক্রমাদিত্যগী পুকচেল চাওবা মতৌ অসি উবদা ঈশ্বর অহু অমুক্তা হেন্না পেনবিরমই। মহাক্না বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা হায়-রমই। "নশাগী ওইজবা থাদোকপগীদমক্তা ঐনা নংবু আশীর্ব্বাদ তৌরি। নংনা হায়বা মতুং ইন্না ব্রাহ্মণদা বর পিরবনি, মহাক্না নিংজবা থুংবা ওইরসনু।"

অসিগী তুংদা বিক্রমাদিত্য হায়রিবা নিংথৌ অহু ব্রাহ্মণবু খুম্নমগা কোম্নুং তান্না লেংখরে।

ন্নারী অসি লীবা হেক লোইবগা অনিশুবা লাইফদিবী প্রভা-বতীনা ভোজ নিংথৌদা হায়রমই "বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতৌ-শুন্না পুকচেল চাওরবদি অহুগা নশাগী ওইজবা থাদোকপা উম্নবদি সিংহাসন অসিদা লেংখংপিরকউ।"

ভোজ নিংথৌ লাইফদিবী অহুদা পাওথুম পিবা উমখিন্রে। তুমিং অহুসু মহাক সিংহাসনদা কাহুনা ফম্বা উমখিন্রে।

———

# অহুমগুবা লাইফদিবী

## সুপ্রভা

মথংগী সুমিৎতা ভোজ নিংথৌনা হৌনবী পূজানচিংবা লোইথরুনা সিংহাসন কাথংকে হায়রুনা অহুমগুবা লাইফদিবী সুপ্রভাগী মকোক্তা মখোং হেক থাজংলকপদা লাইফদিবী অহুনা তাইবং মীওম হায়রকই— "মহারাজ, বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতৌগুম্বা নহাক্কী নগুণ লৈরবদি সিংহাসন অসিদা লেংথংপিবা য়াগনি। অদুক্কনা অমত্তা সিংহাসন অসিদা ফম্বা মতিক ওইদে।" ভোজ নিংথৌনা অহুমগুবা লাইফদিবী অসিগী মরা তাকগা হায়রমই— "হায়য়ু, মহাক করি করি মওং চেল্লমহগে। লাইফদিবী অহুনা মতাং অসিদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী রারী অমা নীরমই — "তাবিয়ু মহারাজ, নোংমা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা চাওরবা যজ্ঞ অমা লিংথংলগা মহাক্কী লম্বুম পুম্নমক য়েম্থোক্কে হায়না থল্লমই। মহাক্না থাজরমই, মাগী শিজিন্নবগীদমক্তা পুথ্রিদা ঈশিং তুংবগুম দান তৌনবগীদক্তা শেন তুংশিন্নরিবনি। পুথ্রিদগী ঈশিং শোকৎ-শোকৎনা পুথ্রিগী ঈশিং কংদবগুম তুংশিল্লিবা শেনসু দান তৌনা-তৌনা লোইবা নাইদে।"

যজ্ঞ তৌনবগীদমক্তা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা চাওরবা মাগুব অমা শারমই। স্বর্গ, মর্ত্য অমসুং পাতালদা লৈরিবা লাই থিবিক যক্ষ, মুনি, ঋষি অমসুং ব্রাহ্মণশিংবু যজ্ঞ অদু য়াওবিরনবা মহাক্না বার্তন তৌরমই।

মখাম পুম্নমকপু বার্তন তৌরগা সমুদ্রগী বার্তনদি চিংথম্লোরে। বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা সমুদ্রগী বার্তন তৌননবা ব্রাহ্মণ অমা থারমই। ব্রাহ্মণ অদুনা সমুদ্র তাম্না চংদুনা হৌনবী পূজা তৌরমই। পূজা অদুদা পেংদুনা সমুদ্র অদু ব্রাহ্মণ অদুগী মনাক য়ৌশিল্লকলে। ব্রাহ্মণ অদুনা মখুং লোম্নগনা সমুদ্রদা বিক্রমাদিত্য মহারাজগী নিংলিবা আশা অদু ফোংদোক্লমই।

সমুদ্রনা ব্রাহ্মণ অহুদা হায়রমই—"ঐহাক মহারাজগী বার্তনাই লৌজরগে। মহারাজ বিক্রমাদিত্য ঐহাক্কী চান্নরবা মরুপনি। লৈবাক্কী অরুবা থন্নদবা য়াদবা য়াকম অমা লৈবনা ঐহাক্কি মহা-রাজগী যজ্ঞ য়াওজবা ঙমদবা তারে। মসিগীদমক্তা ঐহাক মুংডাই-জদে। যজ্ঞ য়াওজবা ঙমদ্রবস্থু যজ্ঞ অসিগী মরীদা মহারাজনা মণি মরিদং পিজগে খরা পুবিখো। মণি মরি অসিগী করি করি মগুণ লৈবগে হায়বা অহু হায়জগে, তাবিয়ু। অহানবা মণি অসিনা শেস্থুম, সম্পত্তি থোকউ হায়বদা থোকই। অনিশুবা মণি অসিনা চারিমথৈ অমৃত ওলহল্লি। অহুমগুবা মণি অসিনা শামী লান্নী মশিং নাইদনা থোকউ হায়রিবমথৈ থোকহল্লি। মরিশুবা মণি অসিনা মমল য়াম্ন য়াম্নবা ফিরোল, লিক-কোল হীরা-মণি-মুক্তা থোকহল্লি।

মণি মরি অহ পুর না ব্রাহ্মণ অহু কোন্নুং তান্না লাক্লে। মহাক্না কোন্নুং য়োরকপা মতমদদি যজ্ঞ লোইরম্লে, দান তৌবা লোইরম্লে। মতম অসিদা ব্রাহ্মণ অহুনা মহারাজ বিক্রমাদিত্যদা মণি মরি অহু কৎলরে। মহাক্না মহারাজদা মণি মরি অহুগী মগুণ হঙ্গৎলমই। মহারাজনা ব্রাহ্মণ অহুদা হায়রমই - "হৌজিক্তি মণিশিং অসি ঐগী থোইনা কান্নক্লে, যজ্ঞ লোইথরে। মণি মরি অসিগী মনুংদা অপাম্বা মণি অমা থল্লগা লৌজো।"

মগুণ লৈবা মণি মকুনিনা করম্বা মণি থন্দোক্লগা করম্বা মণি লৌসিগে হায়বা অহু ব্রাহ্মণ অহুদা লুনা থোক্লমই। ব্রাহ্মণ অহুনা হায়রমই— 'মহারাজ, করম্বা মণি লৌসিগে হায়বা অহু মমদা চৎলগা অমুক্তা তান্নজরখিগে। তপাম্বা মণি অহু চুপী অমসুং ইচা ইমৌগা তান্নজরগা মহারাজদা হঙ্গৎচরগে।" অসি হায়রম্লগা ব্রাহ্মণ অহু ময়ুম তান্না চৎখরে।

ব্রাহ্মণ অহু ময়ুম তান্না প্রপ্ প্রপ্ চৎখরে। ময়ুম য়োরগা মহাক্না মচু, মচা অমসুং মমোদা মণি মরি অহুগী মরমদা য়ারী শারমই। মচা নিপানা হায়রবই - "শামী-লান্নী থোকউ হায়রা

হায়রবা মণি অদু লৌসি। মরমদি শামী লান্নী লৈরবদি লৈবাক জয় তৌগনি, নিংথৌ ওইগনি, নিংথৌ ওই.না মুংঙাইনা পানগনি।" মচাগী মরা তাবদা ব্রাহ্মণ অদুনা হায়রমই—"য়েংউ, ঐথোয় লাই-রবা ব্রাহ্মণনি। লৈবাক জয় তৌ.না নিংথৌ ওইনবা হোৎনরুবনা করি কান্নগনি, শেন্দুম থোকউ য়াবা মণি অদি লৌবনা ফগনি হায়না থল্লি। শেনবু লৈরবদি পৃথিবী অসিদা কংদবা করি লৈবগে?"

ব্রাহ্মণগী মুপী অদুনা হায়রমই—"চারিবমথৈ অমৃত ওলহনবা ঙম্বা অদুগুম্বা মণি অদু লৌসি, মরমদি অমৃত ওইবা চিঞ্জাক চারবদি মতম কুইনা পুন্সিগনি।"

ব্রাহ্মণ অদুগী মমৌ অদুনা হায়রমই—' ফিরোল, লিক-কোল থোকউ হায়বা য়াবা মণি অদু লৌসি।"

মতৌ অসুম্না মথোয় মরি অদু মহৈ-মহৈ য়াম্না য়েৎনরমই। অমগা অমগা মত তিন্নরমদে। অমনা অমা লৌসি. অমনা অমা লৌসি, মহৈ মহৈ হায়নরমই।

তৌফম থংব্রদুনা ব্রাহ্মণ অদু কোম্মুং তাম্না চংথরে। হ্নারোল পুম্নমক মহাক্না মহারাজদা হঙ্গংলে। বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা হায়-রমই —' থংনরগা করি কান্নগনি? মণি মরিমক নহাক লৌজরো।"

মণি মরি অ. লৌরগা ব্রাহ্মণ অদুনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌবু আশীর্ব্বাদ তৌরম্লগা ময়ুমদা হনথরে।

হ্নারী অসি লীবা হেক লোইবগা অদুমগুবা লাইফদিবী মুপ্র-ভানা ভোজ নিংথৌদা হায়রমই "অসিগুম্বা অঙকপা ফংলবা, মমল নাইদ্রবা মণি মরিমক দান তৌথোকপা ঙম্বগী শক্তি অদু লৈবিরবদি সিংহাসন অসিদা লেংথৎপিরকউ।"

লাইফদিবী অসিগী মরা তাবদা ভোজ নিংথৌ পাউখুম পিবা ঙমখিদ্রে।

# মরিশুবা লাইফদিবী

## ইন্দ্রসেনা

হায়গী মতৌগুম্না ভোজ নিংথৌ অহু হৌনবী যাগ-যজ্ঞ, পূজা আহ্নিক লোইরহুনা কোম্নুংদগী সিংহাসন থম্লিবা মফম অহু তাম্না লেংখরে। মহাক্না সিংহাসন অহুদা কাংথকে হায়হুনা মরিশুবা লাই-ফদিবী ইন্দ্রসেনাগী মকোক্তা মখোং হেক থাঙৎলকপদা লাইফদিবী অহুনা তাইবং মীগুম্না হায়রকই—"মহারাজনা খঙবিরিবা অহুনি, সিংহাসন অসি বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী ওইরম্বনি। মহাক্কুম নগুণ লৈব্রা হায়বা অহু অমুক্কুং থন্দুনা য়েংবিয়ু। পুকচেল চাওবা অমস্থুং মীগী ফননবতা তৌবা মী অহুতনা সিংহাসন অসিদা ফমগদবনি"।

লাইফদিবী মরা তাবদা ভোজ নিংথৌনা হায়রমই—"বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী পুকচেল চাওবগী রারী লীয়ু, তাসি।" মতাং অসিদা লাইফদিবীনা রারী লীরমই—"অহুদি তাবিয়ু মহা-রাজ, মিক্রমাদিত্যনা নিংথৌ ওইহুনা পানবা মতমদা করিগুম্বা থুঙ্গং অমদা ব্রাহ্মণ অমা লৈরমই। মহাক অসি মীহ মশিং য়াম্না হৈবা ব্রাহ্মণ অমা ওইরমই। মরম অসিনা সমাজনা মহাকপু লুনা তৌরমই। মঙোন্দা ইকাইখুম্নবা ফংলমই। ব্রাহ্মণ অহুগী অরাৎপা অমদি মুংঙাইতবা হায়ববু মচানি হায়বা অনতা মমিংতা উরমদবা অসিনি।

যাগ-যজ্ঞ, ব্রত-উপবাস কয়া কয়া তৌরবা মতুংদা ব্রাহ্মণ অমস্থুং ব্রাহ্মণী অহু মচা নিপা অমা ফংলে। মুমিৎ তরানিথোইনি শুবদা অঙাং অসিগী মমিং দেবদত্ত থোল্লে। থা তরুক শুরকপদা চটমলে, অহুদগী চহি নিপাল শুরকপদা লুগুন থাংলে। অঙাং অসিনা

চাওরক্তুনা লুহোংবা য়াবা মতাং য়োরক্লবদা মচা নিপা অতু লুহোংবিরে। ব্রাহ্মণ-ব্রাহ্মণী অনি অতু মখোয়গী অরোইবা পুন্সি অতু তীর্থদা ধর্ম্ম-কর্ম্ম তৌদুনা লেনগে হায়না নিংলমই। ব্রাহ্মণ অদুনা তীর্থ চৎলমদাইদা মচানিপাদা পাউতাক পিরমই—"ইবুংঙো, রারবসু নংলবসু নশাগী ধর্ম্ম কাউফদে। কনাগুম্বা মী অমতগা থংনফদে। জীব পুম্নমকপু চপ মান্নমা সুংশিগদবনি। ঈশ্বরবু ভক্তি তৌগদবনি। নংঙোন্দগী হেন্না মপাঙ্গল কনবা মীগা থংনরোইদবনি। নংনা চাদিং তৌবা ভম্বা অতুদমক চাদিং তৌগদবনি। মতম পুম্নমক্তা অফবা শঙ্গ তৌদুনা লৈগদবনি। ফত্তবা শঙ্গ থাদোক্কদবনি।"

পাউতাক অসি পিরল্লগা ব্রাহ্মণ-ব্রাহ্মণী অনি অতু বারানসীদা চৎখরে। নোংমা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা বন অমদা শিকার তৌবা চৎলমই। শা কোয়তান তান্নবদা মহাক লম্মাংনরমই। দেবদত্তসু মুমিৎ অসিদা হায়রিবা বন অসিদা যজ্ঞগী শিং থিবা চৎলমই। বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা বন মনুংদা লম্মাংনদুনা লৈরম্বা অদু মহাক্না থেংনরুরে। মহাক্না নিংথৌ অদুবু কোনুং তাম্না থিল্লমই। তৌবিমল থংবা উৎপা ওইনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা দেবদত্তবু কোনুংদা থবক পিরমই। মহাক্না থল্লমই "ঈশিং চাই-চাদুনা য়ুবি পাম্বী চাওহল্লগা পাম্বী অদনা তৌবিমন থক কাওদে। ঈশিং চাইথিবা মী অদুদা হাওরবা য়ুবি মহি পিথকই। তশেংলবা অফবা মীনা মীগী তৌবিমন থক কাওফদে।" মহাক্না থল্লিবা য়াথল অসি য়াহৈনসু ফোংদোক্লমই।

বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মপুক্কংগী য়া থওদোক্লগা দেবদত্তনা থল্লমই –'মতম অমদা ঐহাক মহারাজগী কান্নবা তৌথি। মহাক্না ঐঙোন্দা কদায় ফাওবা তৌবিমন থংবা উৎপগে হায়বা অদু চাং অমুক্তং য়েংগে।"

নোংমা দেবদত্তনা নিপা অমগা লোন্না রা তান্নহুনা কোন্থুং মন্থুংদগী নিংথৌ মচা নিপা অহুবু হুদ্‌না পুরক্লগা ময়ুমদা লোৎহুনা থম্নমই॥ নিংথৌ মচা নিপা অহুনা শিরকপা মমল য়াম্লবা লিক-কোল খরা লৌথোক্লগা মহু মহাক্না নিপা অহুদা পিরমই অমস্থুং সনা শাবদা কায়থোকউ হায়রমই।

কোন্থুংলোমদনা করম তৌরি? নিংথৌ মচানিপা মাংখরে। থিবা ফংদ্রে হায়হুনা কোয়রাং লানরমই। নিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্না মনাই-মশল, খোংমী-লান্মী পুম্নমক মহৈ মহৈ কোয়চেন চেন্নরমই।

অসাইগী নিপা অহু সনা-শাবগী লৈকম অহু য়ৌরক্লে! মহাক্না লিক-কোল অহু সনা শাবা নিপা অংদা কায়থোকচগে হায়হুনা উৎলমই। মহু উবদা সনা শাবা নিপা অহু পুমংক ঙকখরে। মহুদি সনা শাবা নিপা অহুনা নিংথৌ মচা নিপাগী শাখিবা লিক কোল ওইরম্লে। মহাক্না খুদক অহুমক্তদা সিপাই কৌহুনা নিপা অহুবু কাহল্লে। সিপাই অহুনা নিপা অহুবু পুন্দুনা হুয়ান পোৎ অহুগা লোইননা কোন্থুং তান্না পুখরে।

বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা ফারক্লিবা নিপা অহুদা হংলমই "লিক কোনশিং অসি কদায়দগী লৌরুবনো?" নিপা অহুনা খুম্লমই "মহারাজ, দেবদত্তনা পিবনি। মহাক্না লিক-কোলশিং অসি কায়-থোকউ হায়হুনা সনা শাবদা চৎচরুবনি।" মসি হেক তাবদা দেবদত্তবু তন্না রাজ-দরবারদা কৌথংলে। দেবদত্তনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা হঙংলমই –"ঐহাক্কি য়াম্না লাইরবা মীনি মমল য়াম্লবা লিক-কোল অসি মিহৌরুবদগী মহারাজগী মজাইবুংডো অপিশক অহুবু হাংলগা লিক-কোলশিং ঐনা হুজবা তশেংবনি লিক কোল খরা অমা ননাই নিপা অসিবু য়োলহনজরুবনি। নিপা অসিগী করিগুম্বা মরাল অমত্তা লৈতে। ঐনা লংজরুবা ইরাল অসিগীদমক্তা মহারাজনা পিবিগদবা দণ্ডি অহু ইকোক থোংনা য়াজরি।"

অঙাং হাৎপা, মহুস্থ নিংথৌমক্কী মচানিপা, মহুগীস্থ মথক্তা লিক-কোল হুয়ানবা, মসিদগী হেন্না চাওবা মরাল করি লৈরি? পাও অসি লৈবাক শিনবা থুংনা শন্দোক্লমই। কনা কনাগুম্বা প্রজানা হায়বা রাওই—"অঙাং হাৎপা নিপা অসিবু খেজুরগী ভিংথংনা চিং-চিংহুনা হাৎপা চুমই।" কনা কনাগুনা হায়রমই—"মসিবুদি থাংনা মতুপ মতুপ কক্লুনা হাৎলগা লংজাদা পিজ-থোকপনা চুমই।" প্রজাশিংনা মহৈ মহৈ মানা মানা থোকপা পংঙাংদা ঙাংনরমই।

বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা ময়াম্না ঙাংবা অহু থৌ ওইনা ভারমদে। দেবদত্তনা মতম অমদা কান্ননবা তৌখিবা অহু মহাক্না থংনিং নিংশিংলক্লে। বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা মহুগী তৌবিমল খঙবা উৎপা ওইনা দেবদত্তগী মরাল ঙাকপিখি।

দেবদত্ত মহাক্কী ময়ুম তাম্না প্রপ্ প্রপ্ চৎখরে। মহাক্না নিংথৌ মচা অহু পুহুনা তন্না রাজ-দরবার য়ৌরক্লে। মহাক্না অঙাং হুয়াল্লুবা অমস্তুং অঙাংগী মরিক মকোল য়োম্থোকহল্লুবগী ৱারম পুন্নমক অমতা চিৎথদনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা হঙ্গৎলমই। দেবদত্তগী মন্না তাবদা নিংথৌ অহু য়ামনা হরাওরমই অমস্তুং দেবদত্তদা সনা তাঙ্গা অমস্তুং মমল য়াম্ন-য়াম্নবা ফিরোল মনা ওইনা পিরমই। নিংথৌ অহুনা ময়াম্বু তাহল্লমই—"কান্ননবা তৌবা মীদা তৌবিমল খঙবা উৎপা ঙমদবা মী অহু শাগা পাংথক্লি।"

ৱান্নী অসি লীবা হেক লোইবগা মরিগুবা লাইফদিবী ইন্দ্র-সেনানা ভোজ নিংথৌদা হায়রমই—"মহারাজ, বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতৌগুম্না নপুকচেল চাওরবদি সিংহাসন অসিদা লেংথৎ পিরকউ নত্রবদি লেংথৎপিরক্নু।"

লাইফদিবীগী মন্না তাবদা ভোজ নিংথৌ ছুমিন্না লৈথরে।

# মঙাশুবা লাইফদিবী

## সুদতী

মহৌশাগুম্না লাই নিংথৌনা ভোজ নিংথৌ সিংহাসনদা কাখৎকে হায়দুনা মঙাশুবা লাইফদিবী সুদতীগী মকোক্তা মখোং হেক থাঙ্গৎলকপদা লাইফদিবী অদুনা তাইবং মীগুম্না হায়রকই—"সিংহাসনদা কাখৎকে হায়দুনা হোৎনরিবা নিংথৌ, বিক্রমাদিত্যগী মতৌগুম নগুণ করি লৈ? মহাক্কুম নগুণ লৈরবদি সিংহাসন অসিদা লেংখৎপিরকউ, নত্রবদি য়ারোই।"

লাইফদিবীগী মরা তাবদা ভোজ নিংথৌনা হায়রকই—"হায়য়ু তাসি মহাক্কী মগুণ। ঐহাক রাখল তৌদুনা য়েংগে।"

মতাং অসিদা মঙাশুবা লাইফদিবী সুদতীনা য়ারী লীরমই—"তাবিয়ু মহারাজ, য়ারী অমা লীজগে। নোংমগী মুমিৎ অমদা মণি-মুক্তা য়োনবা নিপা অমা বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী রাজ-দরবারদা চংলকই। মহাক্না মহারাজদা হঙ্গৎলমই—মহারাজ, ঐহাক্না মহারাজগীদমক্তা মমল য়ামলবা মণি অমা পুজরক্লি। মতিক চাবা মমল পিবিদুনা মণি অসি লৌবিয়ু।" রাজ-দরবারদা হায়জরবা মী অমতা নিংবা কায়দুনা হনখিদ্রি। বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা মণি-মুক্তা য়োনবা নিপাসি কৌশিন্দুনা মণি অদুগী মমল কয়ানো হায়দুনা হংলমই। কনাগুম্বা অমতনা মণি অমুগী মমল লেপ্পা ঙমলমদে। মখোয়না নিংথৌদা হঙ্গৎলমই—'ঐংথোয়দি অসিগুম্বা মণি অসি উজদ্রি। মরম অদুনা মমল হায়জবা ঙমজরোই। বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা মণি অদুবু মমল নাইদবনি হায়না লৌরমই। মহাক্না মণি মুক্তা য়োনবা নিপা অদুদা মণি অদুগী মমল সনা তাঙ্কা মশিং নাইদনা পিরমই।'

বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা মণি-মুক্তা য়োনবা নিপা অদুদা। অদুগুম্বা মণি কয়া লৈহৌরিবগে হায়না হংলমই। মণি-মুক্তা য়োনবা নিপা অদুনা ময়ুমদা মণি তরা লৈহৌরি হায়না হঙ্গংলমই। মহাক্না অমমম্‌গী মমল সনা তাঙ্গা। কোটি তরুক তরুক্কি হায়রমই। মণি তরা অদু লৌরুনবা মণি অমমম্‌গী মমল সনা তাঙ্গ কোটি তরুক তরুক্কী হিংদা সনা তাঙ্গা কোটি হুন্দ্ৰ পিদুনা মণি য়োনবা নিপা অদুগা লোইননা মনাই নিপা অমা নিংথৌ অদুনা ময়ুমদা থাখরে। চৎলমদাইদা নিংথৌ অদুনা মনাই নিপা অদুদা হায়খি—“নহাকনা ঙসিদগী হৌনা নুমিৎ নিপান্নিগী মনুংদা মণিশিং অদু পুদুনা লাকপা ঙম্লবদি মতিকচানা মনা পিগনি।”

নিংথৌগী য়াথং ফংবগা নিপা অদু মণি-মুক্তা য়োনবা নিপা অদুগা লোইননা চৎখরে। সনা তাঙ্গা কোটি হুন্দ্ৰ অদু পিরম্লগা মণি তরা অদু পুদুনা নিপা অদু উজ্জয়িনী পাংলক্লে। নিপা অদু উজ্জয়িনী তাম্না লাকপদা লম্বীদা তুরেল অমা লানবা তারমই। নোং তগুনা তাদুনা তুরেল অদু ঈশিং হৌরমই। মরম অদুনা কনাগুম্বা মাঝি অমতা গী হোল্লু হায়বা য়ারমদে। নিপা অদুনা মাঝিশিংদা অথবগীনি থরা থুনা ব্রাংমা লানথোকপিয়ু হায়না হন্না হন্না হায়জরমই। মাঝি অমা ফাওবা য়াখিদ্রে। মাঝিশিং অংনা মঙোন্দা হায়রমই “ললোনবা মীনা নুংশিবা, নিংথৌনা চানবা অমসুং তুরেলগী ঈচেল অদুম অসিবু থাজবা মী অদু মুর্খনি—মসি শাস্ত্রনা হায়রিবনি।” মাঝি অদুনা হায়রমই—“নহাক্না পুরিবা মণি তরা অদুগী মনুংদা মণি মঙা খায়রকউ, ঐ হী লানবিগে।”

নিপা অদুনা অয়াবা মাঝি অদুদা মণি মঙা পিথোক্লগা তুরেল লাক্লকলে। মতম খরগী মনুংদা নিপা অদু কোম্নুং য়োরক্লে। মহাক্না বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা ব্রারম পুন্নমক হঙ্গংলমই- “মহারাজনী

মতাং হুমিং নিপাস্লিগী মচুংদা য়োরকদবনি হায়রা তাকশিনবা মতুং ইমা মখম অসিদা মতম চানা য়োরক্লবা হোৎনজবদা খ্বাকিদা মণি মণ্ডা পিরমলে।”

মনাই নিপা অছুগী মহা তাবদা পেল্লহনা বিক্রমাদিত্য সিংথৌনা মপোন্দা লৈহৌরিবা মণি মণ্ডা অহু পিথোক্লমই।

ৱারী অসি লীবা হেক লোইবগা মণাওবা লাইফদিবী অহুনা ভোজ নিংথৌদা হায়রমই—“নহাক অসি য়োনবা পুকচেল চাওব্রা ? অসি য়োনা পুকচেল চাওরবদি সিংহাসন অসিদা লেংখৎপিরকউ, নত্রবদি লেংখৎপিরকনু। লাইফদিবীগী মহা তাবদা ভোজ নিংথৌ ভুমিন্না লৈখরে।

## তরুকশুবা লাইফদিবী

### অনঙ্গ-নয়না

মথংগী নুমিৎ অহুদা ভোজ নিংথৌনা পূজা-আহ্নিক লোই রহনা সিংহাসনদা কাখৎকে হায়রহনা তরুকশুবা লাইফদিবী অনঙ্গ-নয়নাগী মকোক্তা মখোং হেক থাঙ্গৎলকপদা লাইফদিবী অহুনা তাইবং মীগুম্না হায়রকই, “মহারাজ, মতম অমদা সিংহাসন অসিদা ফমলম্বা বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতৌগুম নগুণ লৈরবদি সিংহাসন অসিদা লেংখৎপিরকউ, নত্রবদি য়ারোই। নিংথৌনা হায়রমই,—“হায়য়ু মহাক্কী মগুণ। য়েংগে ঐগী করি ইগুণ লৈবা।”

মতাং অসিদা লাইফদিবী অহুনা ৱারী অসি লীরমই—“তাবিয়ু মহারাজ, মতম অমদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা লোকুং মহুৎসি লৈমশিং ময়াম পুহনা বসন্তগী উৎসব তৌবা মন অমদা

চংলমই। বন অত্থ অঙকপা ফংনা ফজনা শেম শারমই। বসন্তগী মতমনি, বসন্তগী লৈ-শু খিবিক্লা মতম অন্থুদা লৈতেংলমই। মনম হুংশিবা থূপকী মনম্মা বম অহু মনম হুংশিহল্লমই। কোন্‌ং মনুংগী লৈমশিং মহাক মহাক্কী হেক লৈজবা মমল য়াম্লবা ফিজোল শেংতুনা অমসুং মমল যাম্লবা লিক-কোল শিন্দনা চংলমই।

হায়রিবা বন অসিগী মনাক্তা চণ্ডিকা দেবীগী মন্দির লৈরমই। সন্ন্যাসী অমনা চণ্ডিকা দেবীগী মন্দির অসিগী সেবা চংলমই। নুমিৎ চুপ্পা বন অত্থুদা হরাও-কুম্মে তৌড়না লেল্লগা চংলমদাইদা চণ্ডিকা দেবী খরশ্বা চংলমই। নিংথৌগী ঋঞ্জ মতৌ উবদা লাইগী সেবা চংলিবা সন্ন্যাসী অহ্ পুমঙক ঙকখরে। মহাক্কা খল্লমই — "সন্ন্যাসী ওইরমদুনা ঐহাক য়ুম পাল্লমলবদি ঐহাকসু মতৌ অসুম্না হুংঙাইরমগদবনি।"

সন্ন্যাসী অহ্‌না মপুক্লিংদা লৈবা ব্রা অত্থ বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা হঙ্গৎলমই—"মহারাজ, ঐহাকনা চণ্ডিকা সেবা চংচরকপা অসি মতম কুইরে। ঐহাক হৌজিক য়ুম পানগে হায়না চপ্‌ য়ুংনা নিংলে। মহারাজনা চানবিহুনা মত্থ থোক্লনবা শিনবিরবদি ঐহাক পোকপগী মহৈ য়াল্লে হায়না খঞ্জগনি।"

সন্ন্যাসীগী মপুকনিং থুংননবা হায়হুনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা মকম অহুদা সহর অমা শেমগৎনরা য়াম্বং পিখি। সন্ন্যাসী অহুদা সহর অহু পিথোক্লপগা লোইন-লোইননা শামু য়াম্থৈ, শগোল চামঙা, লম্মী লৈশিং মরি, লনথুম অমসুং মণি—মুক্তা পিহুনা সহর অহুদা নিংথোগুম্না লৈহল্লমই। বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা সহর অহুগী মমিং চণ্ডিকাপুর হায়না থোল্লমই। সন্ন্যাসী অহুনা মহাক্কা নিংথৌ অহুদগী হেন্না ফংলহুনা মথন্নাই য়াওনা আশীর্বাদ তৌরমই।

য়ারী অসি লীবা হেক লোইবগা তরুকশুবা লাইফদিবী অনঙ্গ-নয়নানা ভোজ নিংথৌদা হংলমই,—"হায়বিয়ু মহারাজ, নহাক্কী অসিগুম্বা দান তৌননবগী শক্তি অসি লৈবিব্রা ?"

ভোজ নিংথৌ অহু লাইফদিবীগী য়াহং অসিগী প্যাউথুম পিবা ঙমখিদ্রে, তুমিন লৈখবে।

# তরেৎশুবা লাইফদিবী

## কুরঙ্গ-নয়না

মতুংগী নুমিৎ অহুদস্মু ভোজ নিংথৌ অদু মমাংগী নুমিৎ খবনিগী মতৌগুম্না পূজা-আহ্নিক লোইবহুনা সিংহাসন কাখৎকে হায়হুনা তরেৎশুবা লাইফদিবী কুরঙ্গ-নয়নাগী মকোক্তা মখোং হেক থাঙ্গৎপদা লাইফদিবী অহুনা তাইবং মীগুম্না হায়বকই— "মতম অমদা সিংহাসন অসিদা ফমলম্বা বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতৌগুম নগুণ লৈত্রবদি সিংহাসন অসিদা লেংথৎপিরকনু।" মহু তাবদা ভোজ নিংথৌনা হায়রমই "বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মগুণ তাসি, হায়য়ু।"

মতাং অসিদা লাইফদিবী অহুনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মগুণ থাহুনা য়ারী অসিলীরমই—"তাবিয়ু মহারাজ বিক্রমাদিত্যনা নিংথৌ ওইহুনা পাল্লম্বা মতম অহুদা উজ্জয়িনী হায়বা লৈবাক অহু অয়াং-অপা লৈরমদে। ওইদরা ঙাংবা, কল্লক-মিহৌ চাওবা, মীয়া ঙাংনবা অসিনচিংবা অসিবু হঙ্গোয়নরমই। উজ্জয়িনী হায়রিবা লৈবাক অসিদা ধনদ কৌবা লল্লোন-ঈতিক তৌবা নিপা অমা লৈরমই। মহাক্কী মরল-মথুম য়াংলমদে। নিপা অহু ধর্ম্ম য়াম্না

লৈবা মীতা ওইরমই। মহাক তীর্থ চৎপা য়াম্না পাম্লমই। নোংমা মহাক হী তোংহ্নুনা সমুদ্রা ঈয়াইদা লৈবা ঈথৎ অমদা লাই থুকুম্বা চৎলমই।

ঈথৎ অহু চীংনা ইকোয় কোয়শিল্লমই। চীংদোম্দা মন্দির অমা লৈরমই। মন্দির অন্তদা ভুবনেশ্বরী দেবীগী মূর্তি অমা লাৎলমই। ললোন-ঈতিক তৌবা নিপা অহু ভুবনেশ্বরী দেবীগী মন্দিব তান্না চৎলগা দেবী পূজা তৌবমই। দেবীগী মমাংমক্তদা মকোক্কা মশাগা তোখায় তোখায় তানা লৈবা নিপা অমগা •পী অমগা মহাক্লা থেংনবমই। মন্দিবগী ফক্লাং অহুদা অস্নুম্ন ইবা মহাক্লা থেংনরমই—'মখুৎমক্লা মকোক কক্তুনা দেবীদা কৎলরবা মতম অহুমক্দা মকোক্কা মশাগা তোখায় তোখায় তাহুনা লৈরিবা নিপা অমস্নুং নুপী অনি অসি হিক্ষৎলক্কনি।'

ললোন-ঈতিক তৌবা নিপা অহু মথং মথং তীর্থ চৎলমই। তীর্থ কোয়বমথৈ বোয়করগা মহাক ময়ুমদা হল্লকলমই। নোংমা মহাক মহারাজ উন্নবা কোন্নুংদা চৎলমই। বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা মঙোন্দা করি কবি অঙক-অঙকপা উবিরকপগে হায়না হংলমই। ললোন-ঈতিক তৌবা নিপা অহুনা ভুবনেশ্বরী দেবীগী মন্দিরদা মহাক্লা থেংনবকপা মকোক্কা মশাগা তোখায় তোখায় তাহৌবা নিপা অমস্নুং নুপী অনি অহুগী ৱারী অহু নিংথৌদা হঙ্গৎলমই।

ৱারী অসি তাবদা বিক্রমাদিত্য হায়বা নিংথৌ অহু হায়-নিংঙাই লৈতনা ঙক্লমই। খুদক অহুমক্তদা নিংথৌ অহু ললোন-ঈতিক তৌবা নিপা অহুগা লোয়ননা ভুবনেশ্বরী দেবীগী মন্দির তান্না খোংশাল্লমই। নিংথৌ অহু চীংদগী চেস্থরক্লিবা ঈশিং অহুদা ঈরুজথোক্লগা দেবী পূজা তৌরমই। দেবীবু ভক্তি তৌনা খুরুম্লগা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা মখুৎতা থাংশাং পাইহুনা

মকোক কক্তুনা দেবীদা কংকে হায়ত্নুনা হেক তৌবা অদুদা নিপা অমস্থং মুপীগী মকোক তোথায় তোথায় তারম্বা অদু মহৈ মহৈ শমজিন্নখরে। মখোয় অনি অদু হিঙ্গংলক্লে।

খুদক অদুমক্তদা দেবীনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা নিনিংবা বর নিজো হায়রমই। মহাক্না মরনাই বর নিখিদে। মহাক্না হিঙ্গংলক্লিবা মতৈ-মনাও অনি অদুদা লৈবাক অমা দান তৌজগে হায়না দেবীদা খুরমজরমই। দেবীনা 'তথাস্তু' হায়রম্লগা মাংখরে।

ৱারী অসি লীবা হেক লোইবগা ভরেংশুবা লাইফদিবী কুরঙ্গ-নয়নানা ভোজ নিংথৌদা হায়রমই—"বিক্রমাদিত্য নিং-থৌগী মতৌগুম নহাক পুকচেল চাওব্রা ? মহাক্কী মতৌগুম নহাক মীগী কান্নবা তৌবা ঙমব্রা ? মদু ঙম্নবদি সিংহাসন অসিদা লেংখৎপিরকউ।"

লাইফদিবীগী ৱা তাবদা ভোজ নিংথৌ ৱা ঙাংখিদ্রে তুমিন্না লৈখরে।

---

# নিপালশুবা লাইফদিবী

## লাবণ্যবতী

মথংগী মুমিৎ অদুস্তু ভোজ নিংথৌ অদু যাগ-যজ্ঞ তৌরক্তুনা লাইনা পিবা সিংহাসন অদুদা কাথৎকে হায়ত্নুনা নিপালশুবা লাইফদিবী লাবণ্যবতীগী মকোক্তা মথোং হেক থাঙ্গৎপদা লাই-ফদিবী অদুনা তাইবং মীগী মতৌগুম্না হায়রকই—"মহারাজ,

বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মমিং তাবিররিগনি। সিংহাসন অসি মতম অমদা মহাক্লা ফমল্লম্বনি। মহাক মতিক মগুণ লৈবা নিংথৌ অমা ওইরমই। মহাক্কী মতৌগুম নহাক্কী নতিক-নগুণ লৈরবদি সিংহাসন অসিদা লেংখৎপিয়ু, নত্রবদি লেংখৎপিবা য়ারোই।"

ভোজ নিংথৌনা হায়রমই—"বিক্রমাদিত্য হায়রিবা নিংথৌ অদু করি করি মগুণ চেল্লম্বগে হায়বা অদু ঐবু তাহল্লু।"

মতাং অসিদা লাইফদিবী অদুনা য়ারী অসি লীরমই—"বিক্রমাদিত্য হায়রিবা নিংথৌ অদুগী অরোনবা পাও লৌবা মী য়াম্না লৈরমই। মখোয়না লৈবাক শিনবা থুংনা কোয়চৎ চৎতুনা প্রজাশিংগী অরা-অনা, অফ-ফুংডাই কয়াগী ঈ-পাও পুরকই। নিংথৌ অদুনা মখোয়গী মরা তাবগা প্রজাশিংগী য়াইফনবা থবক কয়া কয়া পাংথোক্লমই।

নোংমদি অরোনবা পাও লৌবা চৎখিবা নিপা অমনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা হঙ্গৎলমই—"মহারাজ, ননাই ঐহাক কাশ্মীর হায়বা লৈবাক অদু য়োঁজরুরে। লৈবাক অদুদা অঙকপা থৌদোক অমা ননাই ঐহাক্লা উজরকই। মফম অদুদা ললোন-ঈতিক তৌবা নিপা অমনা লৈবাক অদুগী ঈশিংগী অরাবা কোক্লবা হায়দুনা পুখ্রি অচৌবা অমা তৌরমই। পুখ্রি ময়াই অদুদা নারায়ণ অমস্তুং ঈশিং লাইরেম্বীগী মন্দির অমা শারমই। ওন্থোকপনি! অদু য়োনা ফজনা চংথোক্লা তৌরবা পুখ্রি অদুদা ঈশিংভু ইতুং তুংউ হায়বা য়ারমদে। মসিগীদমক্তা মহাক্লা যাগ-যজ্ঞ, পূজানচিংবা কয়া কয়া তৌরমই। অদু ফাওবদা পুখ্রি অদুদা ঈশিং মরিক অমা ফাওবা তুংখিদ্রে। পুখ্রি তৌরিবা নিপা অদুনা করি করম তৌরগা পুখ্রি অদুদা ঈশিং তুংগদগে হায়বা রাখল অসিদা খন্দুনা লৈরমই। মহাক্লা নোংমা পুখ্রি মপান্দা

ফমহ্নুা অস্নুম্না য়াখল তৌরিভৈদা লাইবাও অমা তারমই মহুদি কনাগুম্বা মী অমনা মকোক কক্লুনা ঈশিং লাইরেম্বীগী মখোংদা কৎলবদি পুখ্রি অহ্নদা ঈশিং ফাওগৎলক্কনি।

ললোন-ঈতিক তৌবা নিপা অম্হুনা শেন থুম পিহ্নুা মকোক কক্লুনা লাইদা কৎপা ওম্বা মীশক কয়া কয়া খিরমই। কনা অমতা চোংথোক্লমদে। মমৈদা তৌফম খংদ্রহ্নুা পুখ্রি তৌরিবা ললোন-ঈতিক তৌবিবা নিপা অসিনা পুখ্রি মপাল অহুমক্কদা অরাকপা মী মথৈ পিজ-পিথক তৌহ্নুা মহৈ খানলমই। অনকপা অমস্নুং অরাপ্পা লমদগী মী কয়া কয়া লাকই, চারগা থক্লগা অহুম হনখি। মকোক কক্লুনা ঈশিং-লাইবেম্বীদা কৎপা ওম্বা মীওই অমতা চোংথোবকউ, মশিং নাইদনা সনা তাঙ্গা পিগে হায়হ্নুা কোয়থি থিববু মী অমতা চোংথোরকপা কৌবা লৈখিদ্রে।

অরোনবা পাও পুবকপা নিপা অসিগী মচিন্দগী পাওঅসি হেক তাবগা বিক্রমাদিত্য নিংথৌ অহু কাশ্মীর তান্না চৎলমই। মহাক্না থোক্লিবা খোদোক অসিগী মরিদা তাবমথৈ তাবগা অমস্নুং য়েংবমথৈ য়েংলগা মহাক্না য়াখল তৌরমই, মী অমগী মথব্রাই কৎথোক্লগা মী ময়ামগী কান্নগদবা লৈরবদি মথব্রাই থাদোকপা পাম্মুফম থোক্কে। মী অমগী মথব্রাই থাবগা পুখ্রিগী ঈশিং ফাওগৎলক্কদবা লৈরবা অহুগা মহুনা ময়ামগী কান্নগদবা লৈরবদি মসিদগী হেনবা থরাই থাদোকপগী মরম করি অমা লৈরি? য়াখল অসি তৌহ্নুা বিক্রমাদিত্য নিংথৌ অহু পুখ্রি ময়াইদা শারিবা মন্দির অহু তান্না চৎলমই। মহাক্না ঈশিং-লাইরেম্বী অহুবু পূজা তৌরগা খুরুম্নমই। মহাক্না থাং মথুমদগী থাংশাং অহু শংতোক্লুনা মঙক ককে হায়হ্নুা হেক তৌবদা ঈশিং-লাইরেম্বী অহু শংশংনা মমাংদা ফাওরক্লে অমস্নুং থাম্লে। ঈশিং-লাইরেম্বী

অহুনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা হায়রমই—"নহাক্কী অসিগুম্বা অঙকপা ফংলবা নশাগী ওইজবা থাদোকপা ঙম্বা অসি উরুরগা ঐহাক ঙ৺বা ঙমদে। ঐহাক পেল্লে, নহাক্না নিনিংবা বর অমা নিজৌ।"

বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা হায়রমই—"ঐঙোন্দা বর পিবিগে হায়রবদি পুত্রি অসি খুদক অসিমক্তদা কক্করবা ঈশিংনা পিক্ থলহনবিয়ু।"

ঈশিং লাইরেম্বী অহুনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা নংনা নিংবা থুংজরো হায়রল্লগা মাংখরে।

হায়বগা তৌবগা খুদক অহুমক্তদা ঈশিংনা পুত্রি অহু পিক্ থনগংলক্লে। বিক্রমাদিত্য নিংথৌ অহু কোন্নুং তান্না হনখরে।"

মরী অসি লীবা হেক লোইবগা নিপালগুবা লাইফদিবী লাবণ্যবতীনা ভোজ নিংথৌদা হায়রমই—"অসিগুম্বা মীগী কান্নবা তৌবা ঙম্বা শক্তি অসি নহাক্কীসু লৈরবদি সিংহাসন অসিদা লেংখৎপিরকউ।"

লাইফদিবীগী মন্না অসি তাবদা ভোজ নিংথৌ অহু তুমিন লৈখরে।

# মাপলশুবা লাইফদিবী

## কাম-কলিকা

অতৈ অতৈ মুমিৎকুম্না ভোজ নিংথৌ অহু অচা-পুজা লোইরহুনা লাইফদিবী বুম্থানিথোইনা লৈতেংলবা সিংহাসন অদুদা কাখৎকে হায়রহুনা মাপলশুবা লাইফদিবী কাম-কলিকাগী মকোক্তা মখোং হেক থাঙ্গৎপদা লাইফদিবী অদুনা তাইবং মীগুম্না হায়রকই—"মহারাজ, মতিক-মগুণ লৈবা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা ফমলম্বা সিংহাসনগি মসে। বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতৌগুম নতিক নগুণ লৈরবদি সিংহাসন অসিদা লেংখৎপিরকউ, লৈত্রবদি লেংখৎপিরক্কনু।"

লাইফদিবীগী ময়া অসি তাবদা ভোজ নিংথৌনা লাইফদিবী অহু য়েংহুনা হায়রমই-"হায়য়ু, মহাক্কী মগুণ তাসি। মহাক্কী থোইদোক হেন্দোকপা মতিক-মগুণ করি লৈরম্বগে?"

মতাং অসিদা লাইফদিবী অহুনা য়ারী অসি নীরমই—"বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী ত্রিবিক্রম কৌবা পুরোহিত অমা লৈরমই। মহাক্কী মচা নিপা অমা লৈরমই, কমলাকর কৌই। মহাক মরম ওক্কবা অঙাং অমা ওইরমই। মহাক মমা-মপানা হায়বা ইল্লমদে, লাইরিক-লাইশু তৌ হায়বা ইয়া য়ারমদে। মপাবুংনা কোন্নুংদগী পুথরকপা অথুম অহাও অহু মনিং তৌনা চারমই অহুগা কোন্নুংদগী পিরকপা ফিরোলশিং অহু মহাক্না শেংনিংবা মওংদা শেংতোক্লমই। শেংল-চারা-কোয়রা তৌবা অসিনা মহাক্কী পামজবা শাজৎ ওইরমই। ব্রাহ্মণ মচানা লাইরিক-লাইশু হৈত্রবদা তৌগদবসি করিনো হায়বা ৱাখল অসিনা পুরোহিত অহুগী মপুক্লিং অহু মতম পুম্নমক্তা ইরাংদা লাংতক্লহুনা লৈরমই।

নোংমদি ত্রিবিক্রম হায়রিবা পুরোহিত অহুনা মচানিপা লাকরবু কৌশিল্লগা হৈসন্থ শিংসম্থ হায়না ৱারক্লমই। মপাবুংনা ৱারকপা অহুদা শাওহুনা ব্রাহ্মণ মচা অহু ময়ুম থাদোক্লুনা চংখরে। মথং মথং অসুম চংখিহুনা ব্রাহ্মণ মচা অহু কাশ্মীর য়ৌখরে। মতম অহুদা কাশ্মীর হায়বা লৈবাক অদুদা পণ্ডিত য়াম্না লৈরমই। মফম অহুদা কনাগুম্বা পণ্ডিত অমদা কমলাকর হায়বা ব্রাহ্মণ মচা অহু লাইরিক-লাইশু তম্লমই। হায়বিবা ব্রাহ্মণ মচা অসি ওস্তুবস্থ মরৌশিং য়াম্না লৈরমই। মরৌশিং লৈবা মরমদগী মহাক মতম থরগী মন্নুংদা পণ্ডিত অমা ওইরমই। মহৈ-মশিং অসি য়ৌনা হৈরবা ফাওবদা মহাক্না মহাক্কী গুরু অহুবু থক থাদোক্লমদে। গুরুগী সেবা তৌহুনা মহাক মতম লেল্লমই। কমলাকবগী মথৱাই য়াওনা সেবা তৌবা মতৌ অহু উবদা গুরু অহু পেল্লমই অমসুং মহাকপু 'সিদ্ধ সারস্বত' মন্ত্রদা দীক্ষা পিরমই। হায়রিবা মন্ত্র অসি ফংজবা মী অহুদি মহাক্না খণ্ডদবা হায়বা অমা লৈত্রে। অসিগী তুংদা কমলাকর হায়রিবা ব্রাহ্মণ মচা অহু গুরুগী য়াথং লৌহুনা ময়ুমদা হনখরে।

ময়ুম পাংনা অসুম লাকপদা লম্বীদা কাঞ্চীনগর হায়বা লম অহুদা ব্রাহ্মণ মচা অসি নোংমা-নিনি পল্লমই। মহাক্না মফম অহুদা মশক-মতৌ ফজরবা নরমোহিনী কৌবা নুপী অমা লৈ হায়না তাবমই। মহাক্কী মশক-মতৌ চংখোনবা মতৌ অহু উরুবগা গুম্ফাৎতবা মী অমতা লৈরমদে। হিংচাবা অমনা মহাকপু শংলি। অহুনা নুপীমচা অসিগী মশক য়েংগে হায়হুনা চংলু চংলুবা মী মথৈ হিংচাবা অহুনা হেক হেক হাংতোক্লমই।

অসিগুম্বা অঙকপা ৱারী অসি তারগা কমলাকর হায়রিবা ব্রাহ্মণ মচা অসি মরৈবাক্তা য়োঁরক্লে। কমলাকরনা ময়ুম য়ৌ-রক্লবদা মমা-মপা অনি অতু হায়নিঙাই লৈতনা হরাওজরমই। নোংমা কমলাকর হায়রিবা ব্রাহ্মণ মচা অসি মপাবুংগা লোইননা কোন্নুং কারমই। কমলাকর অফাওবা পণ্ডিত অমা ওইতুনা কাশ্মীরদগী থুংলরে হায়বা তাবদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌ অতু য়াম্না হরাওজরমই। নিংথৌনা পেনবিতুনা কমলাকরদা পণ্ডিত অমা ওইবগী ইকায় খুম্নবা উৎপা ওইনা মনা-মথুম পিরমই। কাশ্মীর হায়রিবা লৈবাক অতুদা করি করি অঙকপা থৌদোক তারকপগে অমস্তুং উরকপগে হায়না ৱারী শানবদা কমলাকরনা নরমোহিনীগী ৱাফম অতু বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা হঙৎলমই।

খুদক অতুমক্তদা বিক্রমাদিত্য হায়রিবা নিংথৌ অতু কমলা-করগা লোইননা কাঞ্চীনগর তাম্না চংলমই। হায়নরিবা নর-মোহিনী অতুগী ময়ুমদা নিংথৌ অতু অতিথি অমা ওইনা চংলমই। নুপী অদুগী চংখোল্লবা মশক-মতৌ অতু উবদা নিংথৌ অতু ইশুম শুম্নাংখরে। অসিয়ৌনা ফজবা শকফম অমা লৈরমগনি হায়বা অসি মহাক থাজরমদে। নরমোহিনীনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌবু য়াম্না লুনা তৌরমই। মহাক্না মহারাজদা কৎননবা হায়তুনা মথল-মথেল য়াম্না লাংলমই। মহারাজনা অমতা শোকখিদে।

অহিং ওইরক্লতুনা মী পুম্নমক লোইনা তুম্নখরে। বিক্র-মাদিত্য নিংথৌদি তুমদ্রি। মহাক্না তবি ওবি হৌগৎলক্লুনা নর-মোহিনীনা লৈরিবা কা অতুদা লোম্না চংলক্লুনা লোৎতুনা লৈরে।

অহিং থেংজিল্লকলবদা হিংচাবা অমা নরমোহিনী লৈরিবা কা অতুদা চংশিল্লকলে। অকীবা ফংলবা হিংচাবনি মহাক অতু। হিংচাবা অদুনা কা অতুদা চংশিল্লকপদা কনা কনা লৈবগে

হায়ত্নুনা কোয়েং য়েংলমই। বনা অমতা থেংনদ্রবা অহুদা হিংচাবা অহু তপ্পা-তপ্পা মপান্ থোকখরে। মতম অসিদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা মহাক্না লোৎলিবা মফম অহুদগী চোংথোবক্লুনা থাংশাং অহুনা হিংচাবা অহুবু মতুপ মতুপ অনি থোক্না ককথৎতুনা হাৎতোক্লমই।

শিবমদাই মতমদা হিংচাবা অহু মহাক্না ওমজবা মথৈ হৌনা লাও খোংলমই। লাও-খোংবা অহু তাবদা নরমোহিনী মিরূপ থোক্লে। হিংচাবা অহুবু হাৎতোল্লবা অহুদা নবমোহিনীনা হবাওজবা অহু কবি হায়রুনি? মহাক্না বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা হন্না হন্না তৌবিমল খঙ্বা উৎলমই। তাবপিবা য়াথংমথৈ হিকতোকচবোই, থল্লাই হকচাং য়াওনা ইঞ্জগনি হায়না মহাক্না বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা হঙ্গৎখি।

নরমোহিনীগী মল্লা তাবদা বিক্রমাদিতা নিংথৌ অহু হাযমিংঙাই লৈতনা পেল্লমই। মহাক্না নবমোহিনীদা হাযবমই—"ইবেমা, নহাক্না কমলাকবগা লুহোংলসি। মহাক্ন অফবা ব্রাহ্মণ শাগৈদা পোকপনি, অহুগীসু মথক্তা মহাক মনিং চৎপা পণ্ডিত অমনি। নহাক্না মহাক্না লুহোংলব দা ঐহাক্ন। চুংঙাইবা ওইগনি।"

বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্না নবমোহিনীগা কমলাকরগা লুহোংলে। অসিগী মতুংদা নিংথৌ অহু মরৈবাক্না হনখবে।"

ল্লাবী অসি লীবা হেক লোইবগা মাপলগুবা লাইফদিবী কাম-কলিকানা ভোজ নিংথৌদা হাযরমহ "বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতৌগুম নহাক্না নথৌনা অমসুং নপাঙ্গ া ব রি লৈ? লৈরবদি সিংহাসন অসিদা লেংখৎলগা ফম্বিবো।"

লাইফদিবীগী মল্লা তারদা ভোজ নিংথৌ অহু ল্লা ঙাংখিল্লে, তুম্মিন লৈখল্লে।

# তরাশুবা লাইফদিবী

## চণ্ডিকা

মথংগী মুমিং অতুসু ভোজ নিংথৌ অতু যাগ যজ্ঞ পূজা-আহ্নিক লোইরতুনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা শিজিন্নরম্বা সিংহাসন অতুদা কাথংকে হায়তুনা তরাশুবা লাইফদিবী চণ্ডিকাগী মকোক্তা মথোং হেক থাঙ্গৎপদা লাইফদিবী অতুনা তাইবং মীপুম্না হায়রকই—"মহারাজ, সিংহাসন অসিগী মপু ওইরম্বা বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতৌগুম নগুণ লৈরবদি সিংহাসন অসিদা লেংথৎপিয়ু, লৈত্রবদি লেংথৎপা য়ারোই।"

ভোজ নিংথৌনা লাইফদিবী অতুনা হায়রমই—"বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মগুণশিং অতু ঐহাক্তি লোইনা খঙ্দে। হায়যু তাসি মহাকী মগুণ।"

মতাং অসিদা লাইফদিবী অতুনা য়ারী অসি লীতুনা তা-হল্লমই—"নোংমা মহাযোগী অমা উজ্জয়িনী হায়রিবা সহর অতুদা লাক্লমই। মহাক অসি শক্তি পুবা নিপা অমনি, মীনা ওমদবা থবক কয়া কয়া মহাক্না পাংথোকপা ঙম্মই। মীগী মচিন্দগী যোগী অতুগী মগুণ তারতুনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা মহাকপু কোম্লদা লেংবিরক্নবা রাজপুরোহিতপু থারমই। যোগী অতু রাজপুরোহিতকা লোইননা কোন্নুং য়ৌরক্লে।

যোগী অতুনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা হঙ্গৎলমই—"মহারাজ, যজ্ঞ অমা লিংথংপিয়ু। যজ্ঞ অসিগী মপান্না নহাক হৌদুরাই, নহা ওইতুনা অতুম লৈরগনি অতুগা অমর থুবম ফংগনি। ঐহাক্না নঙোন্দা যজ্ঞ মতৌ অমসুং মন্ত্র মশোল তাকনি। যজ্ঞ ঙসিবু চহি অমা চংনা মুমিং

খুদিংগী তৌরবদি অদুগা চহি ফারগা যজ্ঞ অহুদা নশাবু আহুতি পিরবদি যজ্ঞ কুণ্ড অহুদগী অণ্ডকপগী মশক ওইরবা, পুক্নিং হুনবগী মশক ওইবা অমসুং মশেক-মণ্ডান য়াওরবা নিপা অমা থোরকনি। মহাক্না নত্তোন্দা হৈ অমা পিরগা নহাকপু আশীর্বাদ তৌরগনি। হায়রিবা উহৈ অসি চারবদি নহা ওইহুনতা লৈরগনি অমসুং অমর খুবম শোইদনা ফংগনি।"

যোগীনা হায়রিবা মতুং ইন্না বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা চহি অমা চুপ্পা যজ্ঞ তৌরে অমসু' যজ্ঞ অহুগী অরোইবা হুমিংতা মশাবু পূর্ণাহুতি পিবে। হায়বগুম্না যজ্ঞ কুণ্ড অহুদগী অণ্ডকপা ফংলবা নিপা অমা ফাওগংলক্লে। মহাক্না বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা হৈ অমা পিরমই। নিংথৌ অহু হৈ অহু মখুংনা পাইরক্না কোন্নুং মন্নুংদা লেংশিনগে হায়না হেক তৌবা খুদক অহুমক্তদা লাইথুং থুংবা ব্রাহ্মণ অমা কোন্নুংদা চংলকই অমসুং মহাক্না বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা হঙ্গংলমই—"মহারাজ, সংসারগী অরা-অনা কোকহনবিয়ু, ঐগী লায়না অসি কোকহনবিয়ু। থরাই য়াওনা ঐনা মহারাজবু আশীর্বাদ তৌজগে।"

বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা খুদক অহুমক্তদা মখুংতা পাইরিবা হৈ অহু লাইথুং থুংবা ব্রাহ্মণ অহুদা পিরমই। ব্রাহ্মণ অহু হৈ অহু চাবদগী লাইথুং কোক্লনা অমর খুবম ফংথি।

য়ারী অসি লোবা হেক লোইবগা তরাগুবা লাইফদিবী চণ্ডিকানা ভোজ নিংথৌদা হায়রমই—"মহারাজ, বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মত্তৌগুম নহাক দান তৌবা ঙম্বা ? ঙম্নবদি সিংহাসন অসিদা লেংথংপিরকউ।"

লাইফদিবীগী ময়া তাবদা ভোজ নিংথৌ অহু হুমিন্না লৈরমই।

# তরামাথোইশুবা লাইফদিবী

## বিদ্যাধরী

মহৌশাগুম্না ভোজ নিংথৌ অহু স্নান, আহ্নিক অমসুং যাগ-যজ্ঞ লোইরম্লুনা সিংহাসনদা লেংখৎকে হায়দুনা তরামাথোইশুবা লাইফদিবী বিদ্যাধরীগী মঁকোন্ডা মথোং হেক থাক্লংপদা লাই-ফদিবী অহুনা তাইবং মীশুম্না হায়রকই—"মহারাজ, সিংহাসন অসিগী মপু ওইরম্বা বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতৌগুম নগুণ করি লৈ ? মহাক্কুম্না নগুণ লৈরবদি সিংহাসন অসিদা লেংখৎপিরকউ, নগুণ লৈত্রবদি লেংখৎপিরক্লনু।"

লাইফদিবীগী মরা তাবদা ভোজ নিংথৌনা হায়রমই—"বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মগুণ ঐহাক থোইনা খঙজত্রি। মহাক্কী মগুণ করি করি লৈরম্বগে হায়বা অহু হৌজিক ঐঙোন্দা তাকপিয়ু।"

মতাং অসিদা লাইফদিবী অ:না ভোজ নিংথৌদা ৱারী অসি লীরমই—"তাবিয়ু মহারাজ, বিক্রমাদিত্যনা নিংথৌ ওইরবদা লৈবাক নিংথিনা ডাকপগী মরম্না মচি মচি খুদিংদা শান্তি লৈরমই। হুরান-চিন্থিগী অকীবা লৈরমদে। লৈবাক ইংনা মম্না তপ্না পাল্লমই।

লৈবাক্কী অফবা ফিবম অসি উরদুনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা মন্ত্রীশিংদা লৈবাক অহু শিন্নরম্লগা কুমিং খরা মপান্দা কোয়-থোকলুগে হায়না নিংলমই।

বিক্রমাদিত্য নিংথৌ মরৈবাক থাদোক্তুনা লৈবাক মথং মথং কোয়রক্লে। মহাক্না ~~অমুম~~ কোয়দুনা লাকপা অসিদা লোংমদি মহাক বন অমা ফাও চৎপা তারমই। বন মনুংদা

চংলিহৌদা সন্ধ্যা শুইশিল্লকলে। নিংথৌ অহুনা খল্লমই, মহাক্না অহিং অহুদা শুরুবা মন মনুংদা চংলরদি তমথিরবা লম-শা কয়া কয়া থেংনবা য়াই, অমম্বদা চংপা হায়বসিমক্তবু খুদোংথিবগী মশক্তি। মরম অসিদগী বিক্রমাদিত্য নিংথৌ অহু উ অমদা কাখৎতুনা অহিং অহু লেল্লমই।

উথক অহুদা উচেক হন্নুবা অমা লৈরমই। হাখ্বরিবা উচেক অসি উচেকশিংগী নিংথৌনি। উচেক অসি হন্নু-মন্দুনা হৌজিক্তি মচিঞ্জাক থিবা কোয়পাই পাইবা ফাওবা ডমশিল্লকয়ে। অতৈ অতৈ উচেকশিংনা নোংম-নোংমগী মচিঞ্জাক থিবিরমই। মচিঞ্জাক থিবা কোয়পাই পাইরবিবা উচেকশিং অহুনা হুমিদাংরাইবম হেক হেক হজিল্লকপদা মখোয় মখোয়না উরকপা অমস্তুং তাবকপা পাওশিং অহু হন্নুবা উচেক নিংথৌ অহুদা তল্লমই। নোংমা উচেক অমনা উচেক নিংথৌ অহুদা পাও অমা তল্লমই– "অরাং পাংবদা লৈরিবা লৈবাক অসিদা পলাশ বৌবা খুঙ্গং অমা লৈ। খুঙ্গং অসিগী মনাক্তা লৈবা চীংজাও অমদা হিংচাবা অমা লৈ। মহাক্না অয়ুক থোরকপা খুদিংদা থেংন থেংনবা জীব অহু চাথোকই। মবম অসিদগী খুঙ্গং অহুদা লৈ-রিবা মীশিংনা মহাকপু য়াম্না কীনৈ। মীয়াম চংহনা মঙোন্দা হায়রমই, অফং-অফংবা চাথোকপিবা অসি তৌবিগনু, নোংমগী পালি নাইনা অমমম্ থাজরক্কে। হিংচাবা অহু মখোয়না হায়জবা অহু য়ারমই।

হয়েং পালি তাবিবা নিপা অহুগী খল্লুবদা ঐগী থমোই অসি পুবা য়াক্রে। নিপা অহুনা মশামক্না হিংচাবগী চাকথা চংলে ইমুং মনুং অহু পুবিনবা কনাস্থু লৈহৌরোই, নুপীনা চংলে ইমুং-মনুংগী শিনবি-লাংবিনবা কনাস্থু লৈররোই; মচা নিপা

অদু খারে বংশ অদু সুংখিবা তারে। মসি থবুগা মখোয়গী ইমুং অদু মতা অমা ওইনা কপ্পখ্রে। মখোয়গী ফিবম অদু উরবদা ঐহাক থব্লাই য়াম্না মুংঙাইতে।

বিক্রমাদিত্য নিংথৌ অদু উচেকী মরোল্ল খঙলমই। উচেকা তম্বা পাও অদু তাবদা মহাকসু মথব্লাই সুংঙাইরমদে। মহাক্না তাল-বেত্তালবু হেক্ক নিংশিংবদা ইখঙ্‌ খঙহৌদনা পলাশ খুঙং য়োরক্কে। মহাক্না হিংচাবগী চাকথাক্কী পাম্লি তারিবা ইমুং অদুদা চংলগা হায়রমই—'কীগদ্র, কীনিংঙাই মরম থোইনা লৈতে। ঐহাক্না নখোয়গী নুঙ্ঘং শিন্দুনা হিংচাবগী মনাক্তা চংকনি।' অসি হায়রগা বিক্রমাদিত্য নিংথৌ অ হিংচাবনা লৈরিবা মফম অদু তাগ্না চংখরে।

মফম অদু য়োরগা মহাক খোশ্রাদনা ফমদুনা লৈথোক্লমই। হিংচাবা অদু থোরক্লে। নিপা অমা থৌ রা ইওই ওইদনা নাচুংদনা লৈরম্বা অসি উবদা হিংচাবা অদু ইঙক্‌ ঙক্লমই। মহাক মমাং-ঙৈদা অনিগুম্বা মতৌ অসি অমুক্তা উখিদ্রি। নিপা অসিগী মশাগা অকাবা হায়বা মরিক অমা ফাওবা লৈরমদে।

হিংচাবা অদুনা তপ্না তপ্না বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মনাক্তা চংশিল্লকই। মহাক্না হংলমই—"নহাক কনানো?, নশাদা অকী অথং লৈতে। নহাক শোইদনমক মহাপুরুষ অমা ওইরম-গনি। নহাক্কী মরী মখোং তাকপিয়ু।"

বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা হায়রমই—"ঐগী মরী-মখোং খঙলগা নংগী করি কান্নবা লৈ? নহাক মী চাই হায়বদাই? নংনা অপাম্বা অদু চংথবা য়াগনি। চুমই, ঐহাক খুঙং অসিগী মী নত্তে। ঐহাক ভসি খুঙং অসিদা লৈবা নিপা অমগী মঙ্ঘং শিন্দুনা মফম অসিদা লাক্লিবনি"

বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মরা অসি তাবদা হিংচাবা অদু ইঙক ঙক্লমই। মহাক্না হায়রমই—"মীগী দমক্তা নথরাই কং-থোকপা ঙম্বা অসিনদি নহাক শোইদনমক মহাপুরুষ অমা ওইরমগনি। নহাকপু থুরুমজরি। জগৎকী মঙ্গলগী দমক্তা নংগুম্বা মহাপুরুষ অসি পৃথিবী অসিদা হেক্ হেক্ পোকই। ঐ পেল্লে। ঐঙোন্দা নিনিংবা বর অমা নিজো। নহাক্না নিবা বর অদু ঐহাক পিগে।"

বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা হায়রমই—"নহাক্না তশেংনমক পেনবিরবদি রাশকউ, মী চায়রোই, মীগী মাংনবা তৌররোই। অসি নত্তনা অতৈ বর অমা পামজদে।"

হিংচাবা অদু বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা হায়বা অদু য়ারমই বিক্রমাদিত্য নিংথৌ অদু কোনুং তাম্না হনখি।

রারী অসি লীবা হেক লোইবগা তরামাথোইশুবা লাই-ফদিবী বিদ্যাধরীনা ভোজ নিংথৌদা হায়রকই—"তাকপিয়ু মহারাজ, বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতৌঙম নহাকসু মীগী য়াই-ফনবা তৌবা ঙম্বা? ঙম্বিরবদি সিংহাসন অসিদা লেংখৎপিরকউ।

লাইফদিবীগী মরা তাবদা ভোজ নিংথৌ তুমিন্না লৈখরে।

---

# তরানিথোইশুবা লাইফদিবী

## প্রজ্ঞাবতী

মথংগী নুমিৎ অদুসু মমাংগৈগী অদু মঙাই। ভোজ নিংথৌনা সিংহাসনদা লেংখৎকে হায়রুনা তরানিথোইশুবা লাইফদিবী প্রজ্ঞাবতীগী মকোক্তা মখোং হেক থাজংপদা লাইফদিবী অদুনা

বিক্রমাদিত্য নিংথৌগুম মগুণ লৈত্রবদি সিংহাসন অদুদা লেং-খৎপিরক্কনু হায়জরমই। ভোজ নিংথৌনা লাইফদিবী অদুদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মগুণ তাজগে হায়জরমই।

মতাং অসিদা লাইফদিবী অদুনা ৱারী অসি হীরমই—"তাবিয়ু মহারাজ, বিক্রমাদিত্যনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লিৱৈদা উজ্যয়িনীদা ইনাক কৈরাক খুনবা ললোন-ইতিক তৌবা নিপা অমা লৈরমই। মহাক্তি ইনাক খুল্লবসু অরিকপা মীশক অমা ওইরমই। পৈশা অমা ফাওবা চাদিং তৌবা অসি মতোন্দা লুনা থোক্লমই। নিপা অসিগী মমিং ভদ্রসেন কৌই। লিক্লা হৈজ-শিংজনা পানজবদগী নিপা অসি মমৈদদি শেল য়াম্না তুংশিল্লমই।

ভদ্রসেন হায়রিবা নিপা অসি অহল মতম ওইরক্লদুনা লাইগী খুয়া তানখরে। মচানিপা পুরন্দরনা মপানা থনম্বা লন্থ্রুমমখৈ মখুৎ অনি থাদুনা দান তৌবা হৌরক্লে।

ধনদ কৌবা পুরন্দরগী চান্নরবা মরুপ অমা লৈরমই। নোংমা মহাক্না পুরন্দরদা হায়রমই—"য়েংউ, নহাক ললোনবা নিপা অমনি। নহাক্কী দান মতৌ অসি চুমদে, ৱানিংদে। দান তৌবা হায়বসি ক্ষত্রিশিংগী ধর্ম্মনি, অদুনা ললোনবা মীগী ধর্ম্মদি শেল তানবনি। শেল য়াওদনা ললোনবা য়াদবনি।"

পুরন্দরনা হায়রমই—"মরুপ, নহাক্না হায়রিবদু অরানবা ৱানি। খুদোংথিববু লাক্লবদি শেঙ্‌ম লোইনা মাংখিবা য়াই। শেল হায়বসি অসুম তুংশিন্দুনা থম্বা য়াদে।"

ধনদ অদু মসিগী পাউথুম পিবা ঙমখিদে। পুরন্দরনা নোংম-নোংমগী দান অসুম তৌশিল্লকপা অসিনা মরল-মথুম তাকশিল্লকলে। মহাক নোংমা-নোংমগী লাইরশিল্লকলে।

অত্তুক ইনাক খুল্লমবা পুরন্দর অহু হৌজিক্তি লাইরবা মী অমা ওইরে। মহাক্কী মরী-মতা অমস্তুং মরুপ-মপাংশিংনা মহাকপু থৌশাবিরকত্রে। ওইজ-ওইথক থরদং ফংগত্রা হায়তুনা মতুং কোয়না ইল্লম্বা মীশিং অহু নোংম-নোংমগী হন্দোকখ্রে।

শেল হায়বা অসি অঙকপনি! শেল লৈবা মী অত্তুদি মুর্খ ওইরবসু পণ্ডিতকুম্না মীনা ইকাইখুম্নে। শেলবু লৈত্রবদি পণ্ডিতপুসু মুর্খগুম্না নিংই। শেল লৈবা মী হায়বসিমক্তবু সমাজদা মীথোই মীহেনবা মীনি হায়না লৌনৈ। ইনাক খুল্লম্বা মীনা নংথরক্লবদি য়েংবা য়াদে। মরম লৈবা লৈতবা ইমুং অহু তোয়না থৎনৈ।

রাখল অসি তৌবদগী পুরন্দর অহু ময়ুম থাদোকপা তাখি। মহাক্না ময়ুম থাদোক্লুনা অস্তুম চৎখিবা অসিনা হিমালয় চীংজাউগী চীংখোংদা তাবা খুঙ্গং অমদা য়ৌরক্লে। অহিং ওইরক্লদুনা মহাক মীগী মাঙ্গোন্দা লেংক্লে। রানা লাকপা মরম-দগী মহাক হিপথবগা অত্তুম তুমথখরে। অহিং নোংয়াইগী মতমদা অকা-অথংগী খোল্লাও অমা তাবদা মহাক মিকপ থংথোক থোক্লমই। 'অমুক্তুদি কনবিয়ু, অমুক্তুদি কনবিয়ু' হায়বা খোঞ্জেল অমা মহাক্না তারমই।

অমুক শুস্তা হৌগৎলগা পুরন্দরনা লম অতুদা লৈরিবা মীশিংদা কোয়হং হংবদা মহাক্না খঙবা শুম্নমই মতুদি মুমিং খুদিংগী নোংয়াইগী মতমদা অসিগুম্বা খোঞ্জেল অসি ইত্তং তত্তনা তাই। কীনতুনা মী অমত্তা বনগী মনুংদা চংলুবা শুমদে। মরম অসিনা মী অমত্তনা মসিগী মরমদা অওইবা অমতা হায়বা শুম্নদে।

পুরন্দর উজ্জয়িনীদা হল্লকলে। মহাক্না। বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা মহাক্না তারকপা অঙকপা থৌদোক তম্লে। পাউ

অসি তাবগা বিক্রমাদিত্য নিংথৌ অহু পুরন্দরগা লোইননা হায়রিবা খুঙং অহু তাম্না চৎখরে।

অহিং নোংয়াই মতমদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌসু নুপী অহুগী খোঞ্জেল অহু তারমই। খোঞ্জেল অহু হেক তাবগা মহাক বন মনুংদা চংখরে। হিংচাবা অমনা নুপী অমবু তমথিনা ফুবা অহু মহাক্না থেংনরমই। বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা খুদক অহুমক্তদা মথুৎনা থাংশাং শৎতোক্নুনা হিংচাবা অহুগী মডক ককথৎলমই। মতৌ অসুম্না নিংথৌ অহুনা হিংচাবগী মথুৎতগী নুপী অহুবু কল্লমই। নুপী অসিগী সনা তাঙনা থল্লবা সনাবুল অমা লৈরমই। তৌবিমল খঙবা উৎপা ওইনা নুপী অহুনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা সনাবুল অহু কৎলমই। মসি কৎপগা লোইননা লোইননা মহাক্না মহারাজদা হঙৎলমই—"ঐহাক পুক্সি অসিগী ননাই ওইজরবনি।"

বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা হায়রমই—"করে, নহাক হৌজিক পুরন্দরগা লুহোংলসি।" নুপী অহু নিংথৌগী য়াথং মকোক থোংনা য়ারমই। পুরন্দরগা নুপী অহুগা লুহোংলে। বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা সনা তাঙনা থল্লবা সনাবুল অহু মখোয় অনিদা অউনপোৎ ওইনা তম্মই। অসিগী তুংদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌ অহু কোমুং তাম্না লেংখরে।

র্রারী অসি লীবা হেক লোইবগা তরানিথোইশুবা লাইফদিবী প্রজ্ঞাবতীনা ভোজ নিংথৌদা হায়রমই—"বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতৌগুম নথৌনা লৈরবদি অমসুং নপুকচেল চাওরবদি সিংহাসন অসিদা লেংথৎপিরকপা য়াগনি।"

ভোজ নিংথৌ অহু র্রা ডাংথিদ্রে।

# তরাহুমদোইশুবা লাইফদিবী

## জনমোহিনী

মথংগী মুমিৎ অতুদা ভোজ নিংথৌনা অর্চ্চা-পূজা তৌহুনা সিংহাসনদা লেংথংকে হায়হুনা তরাহুমদোইশুবা লাইফদিবী জনমোহিনীগী মকোক্তা মথোং হেক থাংলংপদা লাইফদিবী অহুনা হায়রমই———"সিংহাসন অসি বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা কমলধ্বনি। মহাক্নুম নগুণ চেল্লবদি সিংহাসন অসিদা লেংথৎ-পিরকউ মহারাজ।"

লাইফদিবীগী মরা তাবদা ভোজ নিংথৌনা হায়রমই —
"বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মগুণ তাসি, হায়য়ু।

মতাং অসিদা লাইফদিবী অহুনা ৱারী অসি লীরমই—
"বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা মন্ত্রীশিংদা লৈবাক ঙাকপগী থবক শিন্ন-রম্নগা লৈবাক কোয়বা থোরকই। মহাক্না অহুম কোয়রকপা অসিনা খুঙ্গং অমদা নোংমা লেক্, সহর অমদা মঙানি লেক্ অমুম তৌবা অসিনা করিগুম্বা খুঙ্গং অমদা য়োৗরক্লে। খুঙ্গং অতুগী মথাইদা তুরেল অমা চেল্লমই। তুরেল অতুগী মপান্দা মন্দির অমা লৈরমই।

বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা মন্দির অতুদা লাংলিবা লাই অতু খুরম্লগা তুরেল অতু লানথোক্নে হায়হুনা তোব্বান য়োৗরক্লে। খুদক অতুমক্তদা মহাক্না খোল্লাও অমা তাবা ফংলমই ——
"ঐবু অমুক্তা কনবিয়ু. ঐবু অমুক্তা কনবিয়ু ঐ শিরে, ঐ শিরে।"
বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা কোয়েং য়েংথিবদা উরে, নিপা অমগা নুপী অমগা ঈশিংদা ঈরাক্লরমই। কনাগুম্বা মী অমতনা মথোয়বু কনবিরমদে। তোব্বান্দা মী ময়াম কুম্মৈ য়েংলমই। ঈরাক্লরিবা মথোয় অনি অতুবু উবদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌ অতু ভুমিন্না

লৈথোকপা ওন্নমদে। মহাক খুদম অত্থমক্কদা তুরেন্দা চোংথখরে। ঈশিংদা ঈরাক্লুরবা মথোয় অনি অত্থবু মহাক্না কংফান্দা পুখৎলক্লে।

মথোয় অনি অত্থ ব্রাহ্মণ মতৈ-মনাওনি। মথল্লাই কনবিবগী-দমক ব্রাহ্মণ অত্থনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌবু আশীর্ব্বাদ তৌরমই। মহাক্না হায়রমই——— "মহারাজ, ঐহাক চহি তরানিথোই চংনা গোদাবরী তুরেলগী তোর্ব্বান্দা চান্দ্রায়ণ ব্রত তৌজরবনি। মহুদা তানশিনজবা পুণ্য অত্থ ঐখোয়গী থল্লাই কনবিবা নিংথৌ নঙোন্দা দান তৌজরবনি।" মতৌ অম্মুন্না আশীর্ব্বদ তৌরম্লগা ব্রহ্মণ অত্থগা ব্রহ্মণী অত্থগা মম্মুমদা হনখি।

মতম অসিমক্তদা অকীবগী মশক ফংলবা ব্রহ্মদৈত্য অমা মাংদা হৌরিবা উজাউদগী কুমথরক্লগা বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মাংদা লেপ্লরে। মহাক্না হায়রমই—— "মহারাজ, ঐহাক্ মবা পাপী অমা লৈতে। ব্রাহ্মণগী শাগৈদা পোক্লবমু ঐহাক অসি হৌনদবা, নত্তবা শাজং কয়া কয়া চৎখি। পুকচেল চাওবা সাধুশিংবু নিন্দা তৌখি। মতৌ অমুন্না পাপ লংজরুবনা শিরবা মতুং অসিদা ব্রহ্মদৈত্য ওন্দুনা লৈরিবসিনি। নহাক্না চানবিহুনা অরানবা খুবম ফংহনবিহুনা লাইরৈবাক্তা য়োৌহনবিয়ু।"

ব্রহ্মদৈত্যগী মরা তাবদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌ অত্থ মথল্লাই মুংঙাইরমদে। ব্রাহ্মনা মঙোন্দা দান তৌরম্বা পুণ্য অত্থমক মহাক্না ব্রহ্মদৈত্য অত্থদা খুদক অত্থমক্তদা দান তৌথোক্লমই। পুণ্য ফংলহুনা ব্রহ্মদৈত্য অত্থ লাইরৈবাক য়োৌখি। নিংথৌ অত্থম্থ কোম্মুংদা হনখি।

রারী অসি লীবা হেক লোইবগা তরাহুমদোইশুবা লাইফদিবী জনমোহিনীনা ভোজ নিংথৌদা হায়রমই—"মহারাজ, বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী পুকচেল মনাও অমমুং দান মতৌ অসি থংবিরেদনা মহাক্ মুম পুকচেল চাওরবদি অমমুং দান তৌবা ওম্নবদি সিংহাসন অসিদা লেংখৎপিরকউ।"

লাইফদিবীগী মরা তাবদা ভোজ নিংথৌ অত্থ তুমিন লৈথরে।

# তরামরিশুবা লাইফদিবী — বিদ্যাবতী

মথংগী মুমিংগা পূজা-আহ্নিক লোইরদুনা ভোজ নিংথৌনা সিংহাসনদা লেংখৎকে হায়দুনা তরামরিশুবা লাইফদিবী বিদ্যা-বতীগী মকোক্তা মখোং তেক থাঙ্গৎপদা লাইফদিবী অদুনা তাইবং মীগুম্বা হায়রকই——“মহারাজ, সিংহাসন অসি বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা ফমলম্বনি। মহাক্কুম মগুণ চেন্দবা মীনা সিংহাসন অসিদা ফম্বা মতিক ওইদে। মহাক্কুম নগুণ চেল্লবদি সিংহাসন অসিদা লেংখৎলকউ।”

লাইফদিবীগী মরা তাবদা ভোজ নিংথৌনা হায়রমই— “বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মগুণ করি করি লৈরম্বগে হায়বা অদু হায়য়ু, তাসি।

মতাং অসিদা লাইফদিবী অদুনা ৱারী অসি নীরমই— “লৈবাক লৈবাক্কী ঈরাং য়েংলুগে হায়দুনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌ অদু মন্ত্রীশিংদা লৈবাক ঙাকপগী থবক শিন্নরম্লগা লৈবাক কোয়বা থোরক্লে। মথং মথং অসুম কোয়রকপা অসিনা মহাক খুঙ্গং অমদা য়োঁরক্লে। হায়রিবা খুঙ্গং অসিদা দেবী জগদম্বিকাগী মন্দির অমা লৈরমই। নিংথৌ অদু মন্দির ময়াদা চেল্লিবা তুরেল অদুদা ঈরুক্লথোক্লগা মন্দির মনুংদা চংদুনা ভক্তিগা লোইননা দেবী পূজা তৌরমই।

পূজা লোইদুনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা মন্দির ময়াদা পোৎ-থাবদা মঙাইরি, সন্ন্যাসী অমা লাক্লুনা মঙোন্দা হংলমই—— “নহাক কনানো? মফম অসিদা করিগী লাকপনো?”

নিংথৌ অদুনা খুম্লমই——‘ঐহাক তীর্থযাত্রীনি। ঐহাক মন্দির মন্দিরদা কোয়না চৎলি। “সন্ন্যাসীনা হায়রমই—“মরী মখোং অশেংবা তাকপিদ্রে। অদুবু খঙজরে, নহাক বিক্রমাদিত্য নিংথৌনি। উজ্জয়িনী কোনুংদা নশক উজদ্রে। মহারাজনা

মফম অসিদা লৈবিরম্বা মরম করিনো ?" বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা সন্ন্যাসী অহুদা মহাক্না লৈবাক কোয়বগী মরম শুগাইন তাক্লমই।

সন্ন্যাসীনা হায়রমই——"মহারাজ, নহাক নরোশিং লৈবা নিংথৌনি হায়বা ঐহাক খঙদবা নত্তে। নহাক্না নরৈবাক থাদোক-ফুন ।অস্মুম্না কোয়হুনা লৈথোকপা অসি ঐদি য়ানিংদে। মসি অশিংবা থবক নত্তে। নরৈবাক অহুনা হৌজিকমক লালহৌবা থোক্লবদি করি ওইগনি ?"

বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা হায়রমই——"মহুগী করিস্থ চিংন-নিংঙাই লৈতে, ঐগী হৈ-শিংলবা মন্ত্রীশিং লৈরি। মথোম্বনা ইরাই লাইনা লালহৌবা অহু থিংবা ঙমগনি।'

সন্ন্যাসীনা হায়রমই——"তাকপিরিবা অহু নীতিশস্ত্রনা য়াবা য়াঙাং নত্তে। মরমদি মনাইগী মথুৎতা লৈবাক শিন্নবা নিংথৌ অহুগুম্বা মুর্খ অমা পৃথিবী অসিদা লৈতে হায়রি।"

সন্ন্যাসীগী মরা তাবদা নিংথৌনা হায়রমই—'তাকপিরিবা অহু লাল্লে। লাইগী শক্তিনা মকল্লে। লাইনা চানবিহুনা মাই ওনশিনবিরিবমথৈদি অমাং-অতা থোক্লোই।'

য়া অসি হায়রগা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা সন্ন্যাসী অহুদা য়ারা অমা পীরমই——'লৈবাক অমদা নিংথৌ অমা পাল্লমই। মহাক্কী য়েক্লবা য়াম্না লৈরমই। মথোয়দা মরূপ শাজিন্নহুনা নিংথৌ অহুবু অয়াবা তানবা শিল্লমই। নিংথৌ অহু ইচম চম্বা, মপুক ইতিং তিংবা মীশক অমা ওইরমই। মহাক্না পুক-চেল ফমনবদগী য়েক্লবশিংনা মহাক্কী ফত্তনবা অহু ভাব ভারমদে। য়েক্লবশিং অহুনা মন্ত্রীশিংগা লোতুনহুনা নিংথৌ মফম শিনখি। নিংথৌ অহু মহারাণীগা লোইননা লৈবাক অহু থাদোক্লুনা চংখি।

নিংথৌ-মহারাণী অনি অত্তুনা অত্তুম লাকপদা ব্বারক্তুনা উখোং অমদা পোংথারমই। মতম অত্তু সন্ধ্যা ওইশিল্লকলে। মখোয়না অহিং অত্তুমা উখোং অত্তুদা লেক্লুগে হায়না খৌরাং তৌরমই।

উথক অত্তুদা উচেক মতৈ-মনাও লৈরমই। অহিং অত্তুদা উচেক লাবা অত্তুনা হায়রমই— "লৈবাক অসিগী নিংথৌ অত্তু ঙসি অয়ুক শিরে। নিংথৌ অসি মচা পাক্লে কনানা নিংথৌ ওইগদগে হায়বা অসি ময়াম খন্নরি।"

উচেক অমোম অত্তুনা হায়রমই——"মত্তুগী করিম্নু থোইনা খন্নিংঙাই লৈতে। উথাদা পোংথাত্তুনা লৈরিবা নিপা-মু্গী অনি অসিগী মশাদা নিংথৌ-মহারাণী ওইবগী থুদম লৈ। ম-খায় অনিনা নিংথৌ-মহারাণী ওইরগা লোইরে।"

উচেক মতৈ মনাওনা ঙাংনরিবা ব্বা অত্তু মফম তারবা নিংথৌ-মহারাণী অনি অত্তুনা অমম্বা অহিং অত্তুদা তারমই। অয়ুক ঙন্বা হৌগৎত্তুনা নিংথৌ মহারাণী অনি অত্তু অয়ুক্কী হৌনবী লোইরত্তুনা মুমিং খুরম্লগা লৈবাক অত্তুগী কোন্নুং তান্না চংখরে।

কোন্নুংলোমদনা করম তৌরি? মন্ত্রীশিংনা ব্বা তান্নত্তুনা নিংথৌগী শামু অমোম অত্তুবু নিংথৌ খিহ বা থাদোরক্লে। শামু অমোম অত্তুনা কোয়চৎ চৎলুরগা কোন্নুং তান্না লাক্লিবা নিংথৌ-মহারাণী অনি অত্তুবু মনাতোন্না মনঙন্দা থাংঙৎত্তুনা কোন্নুং তান্না পুরক্লে। নিংথৌ-মহারাণী অনি অত্তু অভিষেক তৌখরে।

নিংথৌ শিরে হায়বা তাবদা নরুবা য়েংখিনবা নিংথৌনা লৈবাক অত্তুদা লান্দারকই। মতম অসিদা নিংথৌ-মহারাণী অনি অত্তু চৌবব্ব শান্নরমই। লানবাও অসি তানা তানা নিংথৌ অত্তু নাচুংদনা চৌবব্ব শান্নবা অত্তু লেপ্পমদে। মহারাণী অত্তুনা

নিংথৌ অহুদা খর চেকশিন্নবা হায়জরমই। নিংথৌ অহুনা থৌ-ওইনা তারমদে। মহাক্না হায়রমই —'লাইনা তম্বা লাক্কনি। লৈবাক হুনজক্লমহুনা লাক্লবনি, লৈবাক অমুক ফংলরিবা অসি লাইনা তম্বা নত্রা? লাইনা চানবিহুনা লৈবাক অসি পিনবিরবনি, মহাক্না সোইদনা লৈবাক অসি কনবিগনি।"

নিংথৌ অহুবু চানবিরিবা লাই অহুনা নিংথৌগী ব্রাঙাং অসিদা পেল্লহুনা অকীবা মূৰ্ত্তি অমা পুথোক্লমই অমস্তুং লান্দারকপা লাম্নীশিং অহুবু মায়নীবা পিরমই।

বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা লীবা ব্রারী অসি তাবদা সন্ন্যাসী অহু য়াম্না হরাওরমই। মহাক্না বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা শিব মূৰ্ত্তি পিরমই অমস্তুং হায়রমই——"ভক্তিগা লোইননা শিব মূৰ্ত্তি পূজা তৌজরবদি নহাক্না নিংবা অহু থুংগনি।"

নিংথৌ অহুনা সন্ন্যাসী অহুবু খুরয়্মলগা কোন্নুং তান্না খোংশানখরে। লম্বীদা মহাক্না ব্রাহ্মণ অমগা উন্নরমই। ব্রাহ্মণ অহুনা হায়রমই——"মহারাজ, ঐহাক্কী শিব মূৰ্ত্তি অমা লৈরমই। ঐহাক্না মূৰ্ত্তি অহুবু নুমিৎ খুদিংগী সেবা চৎচবনি। মূৰ্ত্তি অহু পূজা তৌব্রিবমখৈ ঈশিং মরিক অমা ফাওবা ঐহাক থকচদবনি। মূৰ্ত্তি অহু মাংখিবা নুমিৎতগী ঐগী অরাবা হায়বহু ওইরে। মহা-রাজগী শিব মূৰ্ত্তি অহু ঐঙোন্দা পিনবিরবদি য়াম্না নুংঙাইজগনি।"

ব্রাহ্মণগী মন্না তাবদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা শিব মূৰ্ত্তি অহু ব্রাহ্মণ অহুদা পিথোক্লমই।"

ব্রারী অসি লীবা হেক লোইবগা তরামরিগুবা লাইফদিবী বিদ্যাবতীনা ভোজ নিংথৌদা হায়রমই——"নহাকস্তু বিক্রমাদিত নিংথৌগী মতৌগুম পুকচেল চাওরবদি অমস্তুং দান তৌবা ঙম্নবদি সিংহাসন অসিদা লেংখৎপিরকউ।"

ভোজ নিংথৌ অহু তুমিন লৈথরে।

# তরামণ্ডাঙুবা লাইফদিবী

## নিরুপমা

ন্মিং অতুম্ভু ভোজ নিংথৌ অমু হৌনবী যাগযজ্ঞ অমস্থুং আহ্নিক লোইরগা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা শিজিন্নরম্বা সিংহাসন অতুদা লেংথংকে হায়রুনা তরাঙাশুবা লাইফদিবী নিরুপমাগী মকোক্তা মখোং হেক থাঙ্গৎপদা লাইফদিবী অমুনা হায়রমই —"মহারাজ, সিংহাসন অসি বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা ফম-লম্বনি। মহাক্কী মতৌগুম্না গুণচেনবা মী মহাক অমুতনা সিংহাসন অসিদা ফম্বা য়াই। মরম অমুনা রাখল মুম্না তৌবিরগা লেংথংপির-ক্কদবা ওই।" লাইফদিবীগী মরা তাবদা ভোজ নিংথৌনা হায়রমই— "হায়য়ু, তাসি মহাক্কী মগুণ। ঐহাক রাখল মুম্না অমুক্তা তৌগে।"

মতাং অসিদা লাইফদিবী অমুনা য়ারী অসি নীয়মই— "তাবিয়ু মহারাজ, বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী পুরোহিত অমা লৈরমই, মমিং বসুমিত্র কৌই। মহাক মশক-মতৌ য়াম্না ফজে। মহাক্কী মরল-মথুম য়াংলমদে। মহাক দান তৌবদা হালেংদে। পুরোহিত অসি ধর্ম্মদা মাই ওনশিল্লমই। মরম অসিদগী বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা বসুমিত্র হায়রিবা পুরোহিত অসিবু য়াম্না লুনা তৌরমই।

নোংমা পুরোহিত অসিনা খল্লমই শাস্ত্রনা হায়রি গঙ্গাস্নান তৌরবদি পাপ কোক্কে, মপুক্নিং অমস্থুং মশাগী দোষ মাংদে। মতুদস্থু নত্তে, তীর্থ স্নান তৌরবদি পুণ্য ফংই। দান, যজ্ঞ, তপস্যানচিংবনা ফংবা য়াবা ফল অমু গঙ্গাস্নান তৌরগা ফংই।

বসুমিত্র গঙ্গাস্নান তৌবা কাশী য়োথরে। মফম অমুদা গঙ্গাস্নান তৌরে, বিশ্বনাথ দর্শন তৌরে, মহাক মপুক্নিং শুংলে।

মতম থরা কাশীদা লৈরম্লগা মহাক মরৈবাক্তা হল্লকলে। লম্বীদা মহাক লৈবাক অমদা পল্লমই। লৈবাক অহুগী নিংথৌ অহু নিপা নাও, মুপীনি, মনিং মন্মথ সঞ্জীবনী কৌই। মহাক্কী লুহোংবা মতম হৌরকরে, মহাক লুহোংনি। মন্মথ সঞ্জীবনীগী লুহোংবিগী শেম-শাবা লোইরবনি, মাগুপ থল্লবনি, লুহোংলবদনি।

মহাক্না রাশল্লমই, কোনুং মমাংদা লক্ষ্মীনারায়ণগী মন্দির হেক মমাংমক্তদা থাংজাও অমদা ভৌরিবা থাও অহুবা চোংশিনবা ওম্বা নিপা অহুদা লুহোংগনি। মহাকপু লুহোংনিংহনা অয়াম্বা লৈবাক্তগী মী য়াম্না লৈবাক অহুদা লাক্লরমই। কোইশুম্বস্থং কন। অমতমু থাওসুংদা চোংশিনবা ওম্বদে। মরম অসিদগী মুপী অসি ওসি কাওবা লুহোংদহনা লৈবিবনি।

থোক্লিরা থৌদোক অসি মনিংমক্না উরগা বসুমিত্র অমুম লাকপনা মরৈবক্তা থুংলরে। মযুবনা হেক থুংলবগা মহাক্না কোনুং তাম্না চৎতুনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা মহাক্না উরকপা থৌদোক অহু তম্লমই। পাও অহু তাবগা বসুমিত্র হায়রিবা পুরোহিত মহুৎ লোইননা বিক্রমাদিত্য মুপীনা নিংথৌ ওইহনা পাম্লিবা লৈবাক অহু তাম্না থোংশাল্লকলে।

লৈবাক অহু হেক য়োবগা বিক্রমাদিত্য নিংথৌ অহু স্নান অমস্থং আহ্নিক লোইথোক্লে অমস্থং লক্ষ্মীনারায়ণবু ভক্তিগা লোইননা খুরম্লগা থাও ভৌরিবা মকম অহুদা লেংশিনখরে। নিংথৌ অহু থাও ভৌরিবা থাং অহুগা চোংশিনখরে। নিংথৌগী মশা অহু থুদক অহুমক্তদা চাকথেকখরে।

পাও অসি হেক তাবদা মন্মথ সঞ্জীবনী হায়বা মুপী অহু মকম অহু তাম্না চেল্লকই। মহাক্না ঈশিংদা মৃত সঞ্জীবনী হায়বা মন্ত্র অহু থোল্লগা ঈশিং অহু নিংথৌগী চাকথেকখিবা মশা অহুদা থিল্লমই। নিংথৌ অহু থুনক অহুমক্তদা হিংলকই।

মন্মথ সঞ্জীবনীগী রাশক মহি য়ায়ে। মহাক্না বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা লুহোংবগী রা হৌদোক্লমই। নিংথৌ অসিনা মন্মথ সঞ্জীবনীবু রাশকহল্লমই মতুংদি মহাক্না হায়বমখৈ মন্মথ সঞ্জীবনীনা য়াগদবনি। বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা মন্মথ সঞ্জীবনীদা বসুমিত্রগা লুহোংউ হায়রমই। য়ানতুনা বসুমিত্রগা মন্মথ সঞ্জীবনীগা লুহোংখি।"

য়ারী অসি লীবা হেক লোইবগা তরামঙাশুবা লাইফদিবী নিরুপমানা ভোজ নিংথৌদা হায়রমই --"মহারাজ, বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতৌগুম পুকচেল চাওরবদি মহারাজন্ন লেংখৎপিরকউ।"

লাইফদিবীগী ময়া তাবদা ভোজ নিংথৌ য়া ভাংখিদ্রে।

# তরাতরুকশুবা লাইফদিবী

## হরিমধ্যা

মহৌশাগুম মুমিং অদুন্ন ভোজ নিংথৌ অদু পুঙ্গানচিংবা লোইরগা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা ফমলম্বা সিংহাসন অদুদা লেংখৎকে হায়দুনা তরাতরুকশুবা লাইফদিবী হরিমধ্যাগী মকোক্তা মথোং হেক থাক্লংপদা লাইফদিবী অদুনা হায়রকই – "মহারাজ, সিংহাসন অসিদা লেংখত্রিঙৈগী মমাংদা য়াথল অমত্তা তৌবিখিবা য়াব্রা ?"

ভোজ নিংথৌনা হায়রমই---- "য়াই করি হায়বগে ?"

লাইফদিবী অদুনা হায়রমই---"মহারাজ, সিংহাসন অসি মতম অমদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা ফমলম্বনি। মতম অদুদা মহাক্কী মতৌগুম্না পুকচেল চাওবা নিংথৌ অমতা পৃথিবী অসিদা লৈরমদে। মহাক্কী মতৌগুম্না পুকচেল চাওরবদি সিংহাসন অসিদা লেংখৎ-পিরকনু।"

লাইফদিবীগী মন্না তাবদা ভোঞ্জ নিংথৌনা হায়রমই— "বিক্রমাদিত্য নিংথৌ অহ্ন কদায় ফাওবা পুকচেল চাওবগে হায়বা অহ্ন তাসি, হায়য়ু।"

মতাং অসিদা লাইফদিবী অহ্নুনা য়ারী অসি লৌরমই ——— "বিক্রমাদিত্যনা নিংথৌ ওইবা খরা লৈরগা ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংনা অকবা ক্ষেগকম য়েংলগা দিগ্বিজয় চৎলমই। মহাক্না চৎলু-চৎলুবা লৈবাক অহ্নগী নিংথৌশিং অহ্নুনা মখোন্দা চংজরমই। বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা হন্দক দিগ্বিজয় চৎপা অসি মশাগী শক্তি য়েংবা চৎপনি, লৈবাক লৌশিনবা চৎপা নত্তে। মরম অসিনা মহাক্না জয় তৌবা লৈবাকশিং অহ্নবা অহুম পিথোক্লমই। মতৌ অসুম্না লৈবাক ময়াম জয় তৌরগা বিক্রমাদিত্য নিংথৌ অহ্ন মরৈবাক্তা হনখি।

বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা দিগ্বিজয় তৌহ্নুনা কোন্নুংদা হল্লকপা অসিদা প্রজাশিংনা হরাওহ্নুনা জগোই ঈশৈনচিংবা হরাও-কুম্মৈ য়াম্না তৌরমই। নিংথৌ অসিনা কোন্নুং মন্নুংদা লেংশিনগে হায়হ্নুনা হেক তৌবদা পাঞ্জি অমনা হোৎচিন্নকহুনা মহারাজ বিক্রমাদিত্যদা অসি হায়হ্নুনা খাম্লমই—"মহারাজ, ওসিদগী হুমিৎ মরিনি অসি য়াম্না ফত্তে। মরম অসিনা হায়রিবা হুমিৎ মরিনি অসি কোন্নুং মন্নুংদা লেংশিনবিগনু।"

কোন্নুংগী মপান্দা বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী ফজরবা লৈকোল অমা লৈরমই। পাঞ্জিনা হায়রিবা হুমিৎ মরিনি অসি লৈকোল অসিদা লৈথোক্লগে হায়না নিংথৌ অসিনা আশা তৌরমই। বসন্তগী মতম্‌। মহাক্না লৈকোল অহুমক্তা বসন্ত উৎসব তৌনবা য়াথং পিরমই। মফম অহ্নুদা যাগ-যজ্ঞ হোৱে, জগোই-ঈশৈ হোৱে। বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা লনৈগেংগী লন, পুক্কেদগী কি-রোলনচিংবা

পুথোক্তুনা দান তৌবা হৌরক্লে। ব্রাহ্মণ, খোংতেক মিৎতাংনচিং-বামথৈন্না দান মরাং কায়না কংলহনা মথুৎ অনি থাজৎ-থাজৎলহনা নিংথৌ অহুবু আশীর্ব্বাদ তৌরক্লে।

ওহাক লৈরগা ব্রাহ্মণ অমা মচা নুপী পুহনা মকম অহুদা লাক্লমই। মহাক্না বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা আশীর্ব্বাদ তৌরগা হায়রমই—"মহারাজ, ঐহাক র' অমতা হঙ্গৎচগে। ঐহাক ব্রাহ্মণ নন্দিবর্দ্ধন হায়বা খুঙ্গং অহুদ লৈজবনি। ঐহাক মথং মথং ইচা নিপাল পোকই। ঐহাক্কী নুপী অহনা মচা নুপী অমগী আশা তৌজরমই। মতম অহুদা ঐহাক্না ভগবতী অম্বিকা দেবীবু খুরমজখি। মহাক্না চানবিবদগী ইচানুপী অসি পোকই। অম্বিকা দেবীবু খুবমজব মতমগ ঐহাক্না নিংজখি মহুদি দেবীগী কৃপাদগী করিগুম্বা ইচানুপী পোক্লবদি মমিং অম্বিকা থোনগে অহুগ। মহাক্কী লুহোংবা মতমদা মহাক্না লুম্বা মান্নবা সনা বরদা অউন-পোৎ ওইনা পিগে। নুপীমচা অসি হৌজিক থাজ-য়োনজবা মতম ওইরক্লে। ঐহাক্তি লাইরবা ব্রাহ্মণনি। অম্মুক য়াম্বা সনা অসি কদায়দগী লৌরুনি? ইচা নুপীগা মান্ননা লুম্বা সনানা অউন-পোৎ ওইনা তম্বা ওমদ্রবদি ঐহাক্কী রাশক অসি কায়বা তারে। মহা-রাজগুম্বা দাতা অমা পৃথিবী অসিদা লৈতে হায়না তাজৈ। ঐনা নিজরিবা সনা অসি দান তৌবিয়ু 'ঐগী রাশক অসি কায়হনবিগনু। মসিগী দমক্তনি ঐনা ইচানুপী অসি পুহনা মকম অসিদা লাকচরিবা অসি।"

ব্রাহ্মণনা হায়জবা অহু তাবদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা খুদক অহুমক্তদা ভাণ্ডারীদা য়াথং পিরমই—"ব্রাহ্মণ অসিদা মচা নুপী অসিগা লুম্বা মান্নবা সনা পিথো। অহুগীম্ব মথক্তা সনা তাঙ্কা কোটি অমম্ব পিথো।" নিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্না ভাণ্ডারী অহনা ব্রাহ্মণ অহুদা সনা অমম্বুং সনা তাঙ্কা পিরমই।

ব্রাহ্মণ অহু সনা অমসুং সনা তাঙ্কাশিং অহু পুহুনা মচাসুপীগা লোইননা ময়ুমদা হনখি। বিক্রমাদিত্য নিংথৌসু অকবা ক্ষেণকম য়েংহুনা কোন্নুংদা লেংশিনখি।”

য়ারী অসি লীবা হেক লোইবদা তরাতরুকশুবা লাইফদিবী হরিমধ্যানা ভোজ নিংথৌদা হায়রমই—“মহারাজসু বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতৌগুম পুকচেল চাওরবদি অমসুং দান তৌবা ঙম্লবদি সিংহাসন অসিদা লেংখৎপিরকউ।”

ভোজ নিংথৌ অহু তুমিন লৈখরে।

# তরাতরেৎশুবা লাইফদিবী

## মদনসুন্দরী

মথংগী মুমিং অতুসু পূজা আহ্নিক লোইরহুনা মহৌশাগুম্না সিংহাসনদা লেংখৎকে হায়হুনা ভোজ নিংথৌনা তরাতরেৎশুবা লাইফদিবী মদনসুন্দরীগী মকোক্তা মখোং হেক থাঙ্গৎপদা লাইফদিবী অহুনা খাম্লমই—“মহারাজ, বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতৌগুম নগুণ লৈত্রবদি সিংহাসন অসিদা লেংখৎপিরক্কনু।”

মহু তাবদা ভোজ নিংথৌনা হায়রমই— “বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মগুণ হায়য়ু; তাসি।”

মতাং অসিদা লাইফদিবী অহুনা য়ারী অসি লীরমই—“তাবিয়ু মহারাজ, বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতৌগুম্না দান তৌবা ঙম্বা নিংথৌ অমতা মতম অহুদা পৃথিবী অসিদা লৈরমদে। মরম অসিদগী মহাক্কী মমিং অসি পৃথিবী শিনবা থুংনা শন্দোক্লমই। চৎথি চৎথিবা মফমদা মহাক্কী মমিং শোন্নরমই। মতম অহুদা থৌনাকবা নিংথৌ কয়া কয়া লৈরমই; পণ্ডিত ওইবা নিংথৌ কয়া

নিংথৌ অহনা যোগী অহল মায়া কয়া তক্লরমই। মহুদা থাংবা ওমদহনা যোগী অহনা হায়রমই—"মহারাজ, লম্বু্ম মমাং কায়না পায়রবদি কৃষ্ণপক্ষকী চতুর্দ্দশী তিথিদা যোগিনী হুম্ফুমরিবু শ্মশানদা পূজা তৌ।"

যোগীনা তাকপিবা মতুং ইন্না নিংথৌ অহনা পূজা অদু তৌরমই। মহাক্না বর অসি নিরমই "ঐগী কোন্থুংদা লৈরিবা ঘট অচৌবা অমা তাদনা পিক্ পিক্ থনহনবিয়ু।"

মতম অদুমক্তদা ইথং থংহৌদনা লাইবাও অমা তারমই—"বর অদু পায়রবদি শ্মশান অসিদা ফমহনা থা অহুম যোগিনী হুম্ফুমরি পূজা তৌ। হুমিং খুদিংগী পূজা হেক লোইবদা মৈগী কুণ্ড অচৌবা অমা তৌরগা যজ্ঞ তৌ। যজ্ঞ অদুদা নহাক্না আহুতি পিগদবনি। অরোইবা হুমিংতা পূর্ণাহুতি পিগদবনি। মদুদা নহাক্না নিংলিবা অদু ফংগনি।"

লাইবাও অসিগী মতুং ইন্না নিংথৌ অহনা পূজা অমসুং যজ্ঞ তৌরমই। যজ্ঞ অদু য়েংবা শ্মশান অদুদা মী য়ায়া লাক্লমই। মসিগী পাও য়াবং মথং শক্লোখিহনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌন্থ তারমই। মহাকস্থ যজ্ঞ অদু য়েংবা শ্মশান অদুদা লাক্লমই। যজ্ঞগী অরোইবা হুমিং অদুদা পূর্ণাহুতিগী মতম য়োমক্লবদা নিংথৌ অহনা মশাবু আহুতি পিগে হায়রহনা যজ্ঞগী মকম অদু তায়া চংশিন্নকপদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা চেনশিন্নকহনা নিংথৌ অহবু ইথোকনায়গা মশামক যজ্ঞ কুণ্ড অদুদা চোংশিনহনা আহুতি পিরমই। বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মশা অদু পূদক অদুমক্তদা মৈনা চাকথোক্লক লমই। মতম অদুদা যোগিনীশিং অদু কাওরক্লে। মখোয়না যজ্ঞগী মৈশিং অদুনা মৈনা চাকথোক্লবা বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মশা অদুদা থিরুমই। মতম থরগী মরুংদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌ অদু

হিরংলক্রে যোগিনীশিং অহুনা মহাকী মরী-মথোং হংলমই বিক্র-মাদিত্য নিংথৌন মহাকী মরী মথোং অহু যোগিনীশিংদা তাক্লমই।

যোগিনীশিংন বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা হংলমই— "নহাক্না তৌরুবা থবক অসি করিগীদমক্তনো?" বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা খুম্লমই "মীগী কান্নবগী দমক্তা তৌরুবনি।" যোগিনীশিংনা হায়রমই— "মীগী কান্নবগী দমক্তা নথল্লাই কংথোকপা তবা অসিদ ঐখোয় পেল্লে। নহাক্না নিনিংবা বর নিজৌ।"

বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা হায়রমই—"ঐহোন্দা চানবিহনা বর পিবিগে হায়রবদি যজ্ঞ কৎচখিবা নিংথৌ অসিনা নিংজবিবা অসি থুংহনবিয়ু।"

বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী বর মনি অসিদা যোগিনীশিং অহু খোইদোক্না পেল্লমই অমসুং মথোয়না যজ্ঞ কৎলিবা নিংথৌ অহুদা বর অসি পিরমই—"নংগী কোক্সুংদা লৈরিবা ঘট অচৌবা তরেৎ অহু হুমিৎ খুদিংগী সনা তাঙ্গনা পিক্ পিক্ থন্দুনা লৈরগনি। যজ্ঞদা নথা অহু আহুতি পিদবা য়াদে।" অসি হায়রগা যোগিনীশিং অহু থংমাং মাংখরে।

য়ারী অসি লীবা হেক লোইবগা তম্নাতরেৎশুবা মদন সুন্দ-রীনা ভোজ নিংথৌদা হায়রমই—"বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতৌগুম মশুং চাওরবদি সিংহাসন অসিদা লেংথংপিরকউ।"

লাইকদিবীগী মন্না তাবদা ভোজ নিংথৌ অহু হুমিন লৈখরে।

# তরানিপাল্লগুবা লাইফদিবী
## বিলাস-রসিকা

মথংগী মতুংদা অহুম্ভ ভোজ নিংথৌ অহু হৌনরী পুজা অমসুং যাগ-যজ্ঞ লোইরগা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা কমলস্থ সিংহাসন অদুদা লেংথক্কে হায়রদুনা তরানিপালগুবা লাইফদিবী বিলাস-রসিকাগী মকোক্তা মথোং হেক থাজৎপদা লাইফদিবী অহুনা হায়রমই— "মহারাজ, সিংহাসন অসি লৈবাক অসিগী নিংথৌ বিক্রমাদিত্যনা কমলহনি। মহাকী মতৌগুম নগুণ লৈরবদি সিংহাসন অসিদা লেংথৎপিরকউ।"

ভোজ নিংথৌনা হায়রমই—"বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মগুণ ঐদি খংজদ্রি। মহাক করি কবি মগুণ চেল্লমবগে হায়রা অহু ঐবু অমুক্তা তাহল্লু।"

মতাং অসিদা তরানিপালগুবা লাইফদিবী অহুনা য়ারী অসি শীরমই—"তাবিয়ু মহারাজ, বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মগুণ হায়জগে। বিক্রমাদিত্যনা নিংথৌ ওইহুনা পানবা মতমদা নোংমা লমকোয়বা মীরৈবাক মচা অমা রাজসভাদা চংলকই। অসিগুম্বা মীতা অসিগা য়ারী শাররবদা নিংথৌ অসিগী মু তাইজবা ওইরমই।

বিক্রমাদিত্য নিংথৌগা লমকোয়বা মীরৈবাক মচা অসিগা রায়া কুইনা য়ারী শামিন্নরমই। য়ারী অস্তুম শামিন্নরদা মতাং অমদা নিংথৌ অসিনা মীরৈবাক মচা অহুদা হায়রমই—"করে, নহাক্তি মফম খুদিং গুনা চৎলবনি, নহাক্তা উরকপা অঙকপা থৌদোক অমতং হায়য়ু, তাসি।"

লমকোয়বা মীরৈবাক মচা অহুনা হায়রমই— "মহারাজ, ঐহাক ওহোক্তা ঙকপা থৌদোক অমা উরকই। মহু মিংনা উত্রবদি কনা অমতনা থাজরোই। স্বজীংগী চীংদোন্দা অঙকপা কংলবা

মন্দির অমা লৈ। মন্দির অমাক নক্না গঙ্গা তুমেল চেল্লি। হায়রিবা মন্দির অসি সূর্যদেবগী মন্দিরনি। মন্দির অসিগী মরক খাপ্লপকা গঙ্গা মপান্দা শিবগী মন্দির অমা লৈ। মন্দির অসিদা লৈরিবা শিব অসিনা মখোয়বু মমিং শাপ-বিমোচন কৌই।

শিব মন্দির অমুক্তগী মরা চংলগা গঙ্গা চেল্লি। তুমিৎ খোকপগা লোইননা গঙ্গাগী ঈশিং মনুংদগী নব-রত্ননা শাজরবা সিংহাসন অমা মথকলোমদা অমুব থিজংলকই। অমুক্না থিজং-লকপা অসিন তুমিৎ যুংবা মতমদা তুমিৎকা শোক্লে। অদুগী অমুব অমুব নেমগরক্তুনা তুমিং তাবগা লোইননা মতু গঙ্গ ঈসুমা মাংখি। মসিং তুমিৎ খুদিংগী মকম অদুদা থোক্লিবা খোদোক্লি।

লমকোয়রবা মীরৈবাক মচা অদুগী মন্দিরগী মা অসি তামরা বিক্রমাদিত্য হায়রিংঙাই লৈতনা তকখ্রে। মহাক মশামক মকম অদুদা চংতুনা থোক্লিবা খোদোক অদু য়েংনিংলমই। মহারাজ বিক্রমাদিত্য লমকোয়বা নিপা অদুগা লোইমনা মরজীং তাররা চংথক্কে। অমুক তুমিৎ খোকপগা লোইন-লোইননা সিংহাসন অদু থিজংলক্লে। বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা মা অমতা হায়রমদনা থিজংলক্লিবা সিংহাসন অদুগী মখক কন্ চোংথংখরে। সিংহাসন অদু অমুব য়াংথংলক্লে। তুমিৎকী মৈশানা বিক্রমাদিত্য তাহা রারমই। বান বানা মহাক্না তুমিৎপু থুরমজরমই। তুমিৎমুংবা মতম-দদি মহাক্না তুমিৎকা থেংনরে। মহাক্না থুরমজবা অদুদা লেপ্লতুনা তুমিৎনা বিক্রমাদিত্যগী চোকনবা মপা অদুদাং অমৃত থিক্লমই। অমৃত অদুনা শোকপদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মপা অদু হৈত্তেক তেকথংলমই। তুমিৎনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা হায়রমই। "মহাকী নথৌনা অসি উবদা ঐ ওক্তবা ওমদে। মী অমতনা লাকপা ওমত্রবা মকম অসিদা নহাক লাক্লি। নংনা নিনিংবা বর নিজৌ।"

বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা হায়রমই "মীনা ওমদবা থৎক

পাংথোকচব ওস্না অসিদা ঐহাক্কী সুংঙাইজবা হায়ন অত্থু লাই-রে। মসিদা ঐহাক পেঙরে ঐগী নিনিংঙাই থব তৌজন।"

বিক্রমাদিত্যগী মাররাবদা সুমিংনা পেল্লবনা মনাদগী নায়ানবী অনি লৌথোক্লুনা মঙোন্দা পিরমই মহু পিবা মতমদা কুমিংনা হায়রমই -"নায়ানবী অনি অসিদা হায়জরবদি সনাগী পাত্র অমএম্ কংগনি।"

বিক্রমাদিত্য নিংথৌ অহু সুমিংপু থুরমলগা নায়ানবী অনি অহু পুত্থনা সিংহাসন অহুদা কয়া কয়া মথাদা কুমথরক্লে। অমদগী মহাক কোমুং তামা হল্লকমই। লম্বীদা মহাক্না ব্রাহ্মণ অমগা উমরমই। ব্রাহ্মণ অহুনা হায়রমই—"মহারাজ, ননাই ঐহাক্তি মায়া লাইরবা ব্রাহ্মণনি। ঐহাক অঙাং-সুবী অমতা মথোং চানা থাকপা ঙমজদ্রে। নহাক্না ঐহাক্কী ইভেং থয়া পাংবিরমউ।" থুরক অহুমক্তদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা কুমিংনা পিরকপা নায়ানবী অনি অহু ব্রাহ্মণ অহুদা দান তৌথোক্লমই। দান তৌবা মতম অহুদা মহাক্না হায়রমই—"নায়ানবী অনি অসিদা হায়জরবদি কুমিং খুদিংগী নহাক সনাগী পাত্র অমমম্ কংগনি। মসিনা নহাক্কী অবাবা কোকহনগনি।"
ব্রাহ্মণ অহু নায়ানবী অনি অহু পুত্থনা হরাও হরাও মযুমদা চংথি। বিক্রমাদিত্য নিংথৌসু কোমুং তামা হনথি।

মায়ী অসি লৌবা হেক লোইবগা লাইফদিবী অহুনা হায়রমই —"মহারাজ, নহাক্কী অসিগুম্বা দান তৌথোকপগী শক্তি লৈরবদি সিংহাসন অসিদা ফম্মু।"

নিংথৌ অহু বা অমতা ঙাংথিদ্রে।

---

# তরামাপলগুবা লাইকদিবী

## শৃঙ্গার-কলিকা

মথংগী মুমিং অদুম্বু যাগ-যজ্ঞ, পূজানচিংবা লোইরদুনা ভোজ নিংথৌনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী সিংহাসন অদুদা লেংখৎকে হায়রদুনা তরামাপলগুবা লাইকদিবী শৃঙ্গার-কলিকাগী মকোক্তা মখোং হেক থাক্লকপদা লাইকদিবী অদুনা অসি হায়রদুনা থাম্লম্মই —“বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতৌগুম নগুণ চেন্নবদি সিংহাসন অসিদা লেংখৎপিরকউ।”

লাইকদিবীগী মরা তাবদা ভোজ নিংথৌনা হায়রমই— “বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মগুণ হায়য়ু, তাসি।”

মতাং অসিদা তরামাপলগুবা লাইকদিবী অদুনা হায়রী অসি লৌরমই — “নোংমা মন্ত্রী, সেনাপতি, অগুম-অথৌশিং, ব্রাহ্মণ, নিংথৌমচাশিংনা খোগন তৌদুনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা সিংহাসনদা লেংশিন্দুনা লৈরিঙৈদা রাজসভা অদুদা চণ্ডাল অমা চংলকই।

চণ্ডাল অদুনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা রাকৎলমই মদুদি চাও-রবা লম-ওক অমনা মখোয়গী খুল অদুদা চংলক্লুনা অন্নাবা ওইরে। হায়রিবা লম-ওক অসিনা খুলগী মী যাম্না শোক্লে; মহৈ-মরোং কয়া কয়া লৌবুক্তা মাংহল্লে।

পাও অসি হেক তাবদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌ অদু মচাশিংগা লোইনন্না হায়রিবা খুল অদু তায়া লেংখরে থাং-টা, তেন লোই-নখি। চণ্ডান অদুনা লম চিংখি।

ওরবা জঙ্গল অমগী মনুংদা তুরেল তোর্বান্দা লম-ওক অদুগা হেক থেংনবদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা লম-ওক অদু তায়া তেন কাপ্পমই। মথং মথং তেনচৈ কুম্ভকম্না পাল্লবা কাওবদা লম ওক অদু শিরমহে। লম-ওক অদু মোকমুংদা চেনশিনখরে।

বিক্রমাদিত্য নিংথৌসঙ্গলম-ওক অতুগী মচুং কোইন্ ইম্নরমই। লোকচুং অদু অকীবা ফংনা মন্নমই, পোংশক অমত্তা নিংথি-জুংঙাই উন্নমদে। মন্না মন্না মহাক্না লম ওক অদুবু তান্নবা তোকলমদে অকীবা লৈতনা লম-ওক অদু অশুম তান্নরকপা অসিনা মফম অমা থোন্নরক্লে। মঙাল থন্না থন্না ফংলবপা অদুনা মহাক পুং ঙান ঙানবা মফম অমদা য়ৌরক্লে। মফম অদু ফঙখ্রবা লৈবাক অমা ওইহল্লে। অমুক্কা উথিদ্রিবা লৈবাক অমা থেংনবা অসিদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌ অদু হাগনিংঙাই লৈতনা হন্নাওমই।

বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা কোয়চং চংতুনা য়েংলমই। অদুগী মহাক কোন্নুংদা চংদুনা লৈবাক অদুগী নিংথৌ অদুগা উন্নরমই। লৈবাক অদুগী মমিংনা পাতাল কৌই অদুগা লৈবাক অদুগা পাম্লিব নিংথৌ অদুগী মমিংনা বলি কৌই।

বিক্রমাদিত্যগা উন্নবা অদুদা বলি হাংজিবা নিংথৌ অদু য়াম্না হন্নাওরমই। মহাক্না বিক্রমাদিত্যবু হন্নাও হন্নাও কোল্লমই অদুগী মতুংদা বলি নিংথৌনা বিক্রমাদিত্যগী মন্নী-মথোং হংলমই

বিক্রমাদিত্যনা মহাক্কী মন্নী-মথোং তাক্লবদা বলি নিংথৌ অদু হন্নাওবগী মথক্তা থোইনা হেন্না হন্নাওরমই। বলি নিংথৌনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা হায়রমই— "মহাক্তি পৃথিবী অসিগী মাইরগী হেক্না চাওবা নিংথৌনি। মহাক্কী মতৌগুম্না লাইরিক লাইথ্ত হৈবা, লাঙ্গা হৈশিংবে, থৌনা কথা অমত্তং দাম তৌবদা হালেংদবা নিংথৌ অমা লৈতে। মহাক্না ঐত্বাকী লৈবাক অসিদা লাকপিবা অসিদি ঐগী উন্নাইরক্কবনি"। লৈবাক অসিদা লাকপিরগী মরম চানবিদুনা ঐত্তোপ্পা তাকপিরবদি য়াম্না নুংঙাই-রগনি।"

বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা হায়রমই—“মহাক্না মরুপ শাম্নম-শিংহুনা লৈবাক অস্নি তাম্না লাকচরিবনি, অতৈ মরম অমগী দমক্তা লাকচবা নত্তে।”

বলি নিংথৌনা হায়রমই—“মতুনা ঐগী ইরাইবক অমুক্তা হেন্না ফরে। মহাক্না অসি য়ৌনা রানা পৃথিবীদগী ঐগী লৈবাক পাতাল তাম্না ঐগা মরুপ শাম্নবা লাকপিবা অসিদা ঐহাক পেক্করে। মরুপ শাম্নবগী খুদম ওইনা ঐহাক পোৎশক অনিদং পিজগে। পোৎ অনি অসি অমনা রসনি অতুগা অমনা রসায়ননি। রস হায়রিবা পোৎশক অসি সন-লুপানচিংবা মমল য়াম্নবা ধাতু শাবা যাই অতুগা রসায়ন হায়রিবা পোৎশক অস্নিনা মীবু অমর ওই-হনবা ঙমই।

বিক্রমাদিত্য নিংথৌ অতুনা পোৎশক অনি অতু লৌরগা মহাক্না চংলকপা পাতালগী লম্বী অদোমদা অ.ম থোক্লমই অমস্থুং মহাক মরৈবাক তাম্না থোংশাল্লমই মহাক্ন লাকপদা লম্বীদা ব্রাহ্মণ হনুবা অমগা থেংনরমই। ব্রাহ্মণ হনুবা অতু মচানিপা অমা লোয়নরমই। ব্রাহ্মণ অতুনা নিংথৌ কতুদা আশীর্ব্বাদ তৌর-মই অমস্থুং হায়রমই- “মহারাজ, ননাই ঐহাক য়াম্না লাইরবা ব্রাহ্মণ মচানি। অতুগীসু মথক্তা ঐহাক মতম কুইনা নাতুনা লৈরে। ইচা-ইচু থাকপা ঙমজদতুনা ঐহাক চান্না নামা নামা চাতুনা রানা হিংজরিবনি। ঐথোয়গী অরাবা অসিদদি কোক-হনবিয়ু হায়না মহারাজদা হক্কংচরিবা অসিনি।”

রা অসি তাবদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা হায়রমই—“হৌ-জিকমক্তি ঐঙোন্দা শেল য়াওদ্রে। ঐগী হায়রবু ‘রস’ অমস্থুং ‘রসায়ন’ কৌবা পোৎশক অনিথক্তং লৈ। পোৎশক অনি অসিগী মমুংদা অপাম্বা অমা থমু, পিগে। পোৎশক অনি অসিগী মগুণ হায়গে, তাও। ‘রস’ হায়রিবা পোৎশক অসিনা সনা লুপানচিংবা

মমল য়াম্ন-য়াম্নবা থাক শাবা য়াই অহুগা 'ৰসায়ন' হায়ৰিবা পোৎশক অসিনা মীপু অমর ওইহনবা ঙমই ।"

ব্ৰাহ্মণ অহুনা হায়রমই — "মহারাজনা কৃপা তৌবিয়বা ৰসায়ন অহু পিনবিয়ো। অহুগ মতম ওইরব্রবা অসিদা ৰসায়ন থকচরগা অমর ওইজরগে।"

ব্ৰাহ্মণগী মৱা তাবদা মচা নিপা অহুনা মপাদা হায়ৰমই —"পাংবুদি অমর ওইরগনি অহুগা ঐথোয়দি কদায় ? ঐথোয়-গীসু শেংন-চানবা থরদি য়েংশিনবিবা চুমই।" মপাবুংদা অমম্না হায়রম্লগা মচা নিপা অহুনা বিক্ৰমাদিত্য নিংথৌদা হন্জংলমই-"ঐথোয়গী চাব থকপা ৰাত্তনবা 'ৰস' অহুসু পিনবিয়ো।"

মতাং অসিদা ব্ৰাহ্মণ মপা-মচা অনি অহু মৈ হৌনা থংন-ৰমই। মথোয় অনিবু তারশিন্নবা ওইনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা 'ৰস' অমসুং 'ৰসায়ন' হায়ৰিবা পোৎশক অনি অহু ব্ৰাহ্মণ মপা-মচা অনি অহুদা পিথোক্লমই।

ব্ৰাহ্মণ মপা-মচা অনি অহু বিক্রমাদিত্য নিংথৌবু আশীর্ব্বাদ তৌরম্লগা ময়ুমদা হলখি। বিক্রমাদিত্য নিংথৌসু কোন্নুং তারা লেংখি।

ৱারী অসি লীবা হেক লোইবগা শৃঙ্গার-কলিকা হায়ৰিবা লাইকদিবী অহুনা ভোজ নিংথৌদা হায়রমই—"ভোজ নিংথৌ, বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতৌগুম্না পুকচেল চাওবা অমসুং দান তৌবা ওম্বগী-শক্তি লৈবিব্ৰা ? লৈবিৰবদি সিংহাসন অসিদা লেংথৎপিরকউ।"

লাইকদিবীগী ৱৱা তাবদা ভোজ নিংথৌ ৱা ঙাংবা থোক-খিত্রে।

# কুনগুবা লাইকদিবী

## মন্মথ-সঞ্জীবনী

মখংগী সুমিৎ অহুম মহৌশাগুম্মা সিংহাসন্দা লেংথকে হায়হুনা ভোজ বি'থৌনা কুনগুবা লাইফদিবী মন্মথ-সঞ্জীবনীগী মকোক্তা মথোং হেক থাক্লংপদা লাইকদিবী অহুনা অসি হায়হুনা খাম্লমই—"মহারাজ, বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতৌগুম নগুণ লৈরবসি সিংহাসন অসিদা লেংথৎপিরকউ, নত্রবদি লেংথৎ-পিরকনু।"

মতু তাবদা ভোজ নিংথৌনা হায়রমই— "বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মগুণ হায়য়ু, তাসি।"

মতাং অসিদা লাইকদিবী অহুনা ৱারী অসি লীরমই— বিক্রমাদিত্য হায়রিবা নিংথৌ অহু লম কোয়বা য়াম্না পাম্লমই। চহি অমগী মনুংদা মহাক থ তরুক কোনুংদা লৈরমই অতুগা থা তরুক্তা অতোপ অতোপ্পা লৈবাক্তা কোয়হুনা মতম লেপ্লমই। মহাক্না মতৌ অম্রম্মা কোয়না চৎলকপা অসিনা নাংমগী সুমিৎ অমদা পল্মালয় হায়না কোবা লম অমদা থুংলমই। মকম অহুদা ঈশিংনা নিক নিক লাওরবা অচৌবা পাৎ অমা লৈরমই। ঈশিং খোরাংমনপ্রহুনা নিংথৌ অহু পাৎকী ঈশিং অহু থক্লমই অমসুং উথোং অমদা পোংথারমই।

থর লৈরগা নিপা অনি অমসু মকম অহুদা লোরক্লে। মথোয় অনিসু পাৎকী ঈশিং অহু থক্লগা পাৎয়া অহুদা উরুম থিহুনা পোংথারমই। পোংথা-পোংথানা মথোর অনি ৱারী শাগ্রমই। অমনা হায়রমই—"ঐখোয় লম কনা য়াম্না কোয়রুরে, উদ-উদবা লোৎ-চৈ কনা য়াম্না উরক্লে, অহুদা মহাপুরুষ অমত্তা থেংনরক্তে।"

নিপা অনিসী মন্না তাবদা মনাক্তা উথোং অমদা লোংথাহুনা

লৈরিবা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা হায়রমই—"ঐকম অসিদগী পংথাপ থাগুনা চীংথক অমদা সিদ্ধ কংলবা যোগী অমা লৈ, মমিং ত্রিকালনাথ কৌই। মঙোন্দবু নিজরবদি নিংলিবা পুম্নমক থুংলবা লৈতে। ঐহাকসু হায়রিবা যোগী অসিগী মনাক্তা চংকদৌরিবনি।"

নিপা অনি অতুনা হায়রমই—"ঐখোয়বু মফম অদু তাম্না পুবিয়ু, যোগী অদু দর্শন তৌজগে।"

বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা মখোয়না হায়জবা অদু য়ারমই। ওহাক পোৎথারগা নিংথৌ অদুগা নিপা অনি অতুগা যোগীগী লৈফম অদু য়ৌনবা খোংশাল্লকলে। চীং লম্বেল ওইবনা লম্বী অদু থংকুৎ কুৎথবমই অমসুং থংরাং রাংথলমই জঙ্গল মরক্তা চৎপা অদুদা মখোয় হায়নিংঙাই লৈতনা রাবমই। নিপা অনি অতুনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা হংলমই—"য়ৌগদবা কয়া রাংলিবগে ?"

বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা খুম্মই—"যোজন নিপালোম রাংলি।" মদু তাবদা নিপা অনি অতুনা হায়রমই—"চংথিনি, রাদনা চুংঙাইবা লৈত্রা ? যোগীগী দর্শন কংথিগনি।"

মখোয় অহুম্না অমুম মথং মথং লাকপদা জঙ্গল মরক্তগী চাওরবা অমসুং অকীবগী মশক কংলবা লীল অমা থোরক্লে। লীল অদুগী মতৌ অদু উবদা শিঙ্গগা লোইরে হায়দুনা নিপা অনি অদু হৌত্তুনা চেনথরে। বিক্রমাদিত্য নিংথৌ থোইনা খোশারমদে। লীল অদুনা নিংথৌ অতুগী মথোং অদু যেংশিল্লমই অমসুং মঙোন্দা চিল্লমই। লীলগী চু অদুনা চংথিরদগী নিংথৌ অদু অরাবা তাথরে। থিতম অদু লোয়বা মতমদা মহাক হায়মজ্জ। মহাক্না অমুম অমুম লাকপা অসিনা চীংদোম থোরক্লে। মহ লাওবদা লীন অতুনা নিংথৌ অদুবু য়েংশিল্লবা অদু

কুমদে। মহাক্না ত্রিকালনাথ হায়রিবা যোগী অতুগী মনাক হেক স্নৌরক-লা লীন অহু হৌজনা চেনখরে। যোগীগী দর্শন ফংবা খুদক অহুনকুদা লীন চীকপগী মৈচাক অহু খংমাং মাংখরে। মতম খরগী মতুংদা মহাক পুংক করমই।

ত্রিকালনাথ হায়রিবা যোগী অতুনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা হংলমই —"অহুক রানা মকম অসি তান্না লোয়রিরকপগী মরম করি লৈবগে ?"

বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা খুমমই—"যোগীগী দর্শন ফংজগে অমদি পুন্থ ফংজগে হায়বগীদমক্তা মকম অসি য়ৌরক্লিবনি।" নহাক্কী দর্শন হেক ফংজবদা ঐহাক পাপ কোকচরে।"

নিংথৌগী মরা অসি তাবদা যোগী অতুগী মপুক্কিং হাম্বনিংঙাই লৈতনা পেল্লমই। মহাক্না নিংথৌ অতুবু আশীর্বাদ তৌরমই অমসুং মঙোন্দা পোৎশক অহুম পিরমই। মহাক্না পোৎশক অহুম অতুগী মগুণ অসুম্না তাক্লমই ——"মহারাজ, অহানবা পোৎশক অসিনা লৈপাক্তা লৈই টিংশিবা মশিং অহুক নোংমদা যোজন মশিং চৎপা ঙমগনি। অনিশুবা পোৎশক অসি লুংশিংত্তা থাদোকুনা হেক পাইহনবদা শামী-লাম্মী ময়াম খুৎত খুৎলাইগা লোইননা চোংথোরকনি। অহুমশুবা পোৎশক অসিনা হেক লোকপদা অশিবা জীব অমুক হন্না হিংঙহলকনি।"

বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা যোগী অতুবু খুরুম্লগা পোৎশক অহুম অহু পুংনা কোন্থুং তান্না থোংশাল্লকই। অসুম লাকপা অসিনা নিংথৌ অতু খুঙ্গং অমা য়ৌরক্লে। মকম অতুদা নিংথৌমচা অমা মনিং থুংদহনা মৈন্নুংদা চোংশিন্দুনা শিরগে হায়না তোরবা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা থেংনরুরে। থোদো অতু উবদ. বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা থেংনরুরে। নিংথৌ অতু ইঙক ঙক্লমই। মহাক্না নিংথৌমচা অতুদা

মচুগী ঋারোল হংলমই। মচুদা নিংথৌমচা অহুনা খুমই—
"শাগৈ-নাতৈনা মপাঙল কল্লি হায়বগী মতাংগুম ঐহাকপু ইরৈ-
বাক্তগী তাম্বোকপিরে। হৌজিক ঐহাক হিংহুনা কয়ি কায়খিগনি।
শিরগে হায়না চপ য়ুংনা নিংলতুনা ইথুৎমক্না শিং শেমজরি-
বনি।"

রাতা অসি তাবদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌ মথয়াই পুবা য়ায়ম-
দে। মহাক্না নিংথৌমচা অহুদা হায়রমই——"নথয়াই সুংহাইজবা
ভৌরগনু। ঐহাক নঙোন্দা পোৎশক অহুম পিগে। মথোয়
অসিগী মপান্না নহাক্না ইরাই লাইনা নরৈবাক অমুক হনজিনবা
ঙমগনি।" অসি হায়রগা মহাক্না যোগীনা পিরকপা পোৎশক
অহুম অহু নিংথৌমচা অহুদা পিথোক্নমই অমসুং মঙোন্দা পোৎ-
শক অহুম অহুগী মগুণ তাক্নমই।

নিংথৌমচা অহু হয়াও হয়াও পোৎশক অহুম অহু পুরুনা
মরৈবাক্তা হনখি। বিক্রমাদিত্য নিংথৌসু কোন্নুং তান্না চৎখি।
রাগী অসি লীবা হেক লোইবগ মন্মথ-সঞ্জীবনী হায়রিবা
লাইকদিবী অহুনা ভোজ নিংথৌদা হায়রমই——"মহারাজ,
বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতৌগুম নগুণ লৈরবদি সিংহাসন অসি-
দা লেংথপিংরকউ।"

লাইকদিবীগী ময়া তাবদা ভোজ নিংথৌ য়া তাংখিরে,
হুমিন লৈথরে।

# কুম্মাথোইগুবা লাইফদিবী

## রতি লীলা

মথংগী সুমিং অহুম্সু কোজ নিংথৌ মমাংঙৈগী মত্তোগুম্না সিংহাসন্দা কাথংকে হায়রুনা কুম্মাথোইগুবা লাইফদিবী রতি-লীলাগী মকোক্তা মথোং হেক থাঙ্গৎলকপা অমুদা লাইফদিবী অহুনা অসি হায়ত্রুনা থাম্লমই "সিংহাসন অসি বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা ফমলম্বনি। মগাক্কুম্না নঙুণ চেম্লবদি সিংহাসন অসিদা লেংথৎত্ত পিরকপা য়াম্লোই।"

মতাং অসিদা ভোজ নিংথৌনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মগুণ তানিংলমই। নিংথৌগী মনিং থুংননবা হায়রুনা লাইফদিবী অহুনা রারী অসি লৌরমই—"তাবিয়ু মহারাজ, বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মন্ত্রী অমা লৈরমই, মমিং বুদ্ধিসিন্ধু কৌই। বুদ্ধিসিন্ধু হায়রিবা মন্ত্রী অসিগী অনর্গল কৌবা মচা নিপা অমা লৈরমই। অনর্গল হায়রিবা মচা নিপা অসি অঙাং ওইরিঙৈদগী হোৌনা থর লম হেন্না হোৌরকই। লম অতদা লৈবা ওক্তবা অঙাংশিং অমুদগা মহাক্না তিন্নরমই। মহাক মতম পুম্নমক্তা কোয়রুনা লংরুনা লৈরমই, লাইরিক লাইগুদা থোইনা মপুক্কিং চংলমদে। মচাগী কিভব অসি উবদা মন্ত্রী অমু নিংবা কাকরমই। মহাক্না মচা নিপা অমুবু রারক-রাত্তেমরুনা কনা কন্না হোৎনরমই হায়রবসুমতাই, মচা নিপা অমুগী লীচং-শাজং কম্বিমতা হোংলমদে।

নোমংদি মন্ত্রী অসিনা মচানিপা অমুবু থাম্না থিনা চৈরমই, ময়ুমদগী তাম্বোকনি হায়না কৌহলমই। মন্ত্রীনা মচানিপাদা হায়রমই—"মচা লোক্কবা নিপা অমুগী ময়ুগদি পুম্নমক হাংবা কৌই, মরুপ লৈগুবা লৈবাক অমুসু অহাংবা-ল্লায়বা অমুনি, মচে হৈত্তবা মীগী পুক্নিংসু অহাংবনি, লাইরকা হায়বা অসিমু

পুমহাংনি। ইচা লৈজরবনু এগী ইথুম অসি হংগবনি, মরমদি নহাক লাইরিক হৈতে অমসুং ধর্ম লৈতে। লাইরিক হৈতবা অমদি ধর্ম লৈতবা মগাদি পোকপ পোক্লবা চপ মান্নে।"

মপাবুংগী মরা তাবদা অনর্গল মথন্রাই কয়া হুংঙাইরমদে। মহাক মপাবুংনা তাম্বোকপা ঙাইরমদে, হুমিৎ অহুমক্তদা মহাক মরুম থাদোক্লনা চৎখ্রে। মহাক্না অমুম মথং মথং চৎখিবা অসিনা থুক্সং অমা য়ৌরমই। হায়রিবা থুক্সং অসিদা পণ্ডিত য়ামা লৈরমই। মহাক পণ্ডিত অমগী শিষ্য ওইরমই অমসুং পণ্ডিত অদুদা লাইরিক-লাইশু তম্লমই। চহি খরগী মনুংদা অনর্গল শাস্ত্র অয়াম্বা হৈরমই। খরা লৈরগা মহাক মরৈবাক্তা হল্লগে হায়দুনা গুরুগী মফমদগী বিদায় লৌরমই অমসুং মীরৈবাক তায়া থোংশাল্লমই।

মহাক্না অমুম লাকপা অসিনা গুরুবা উমং অমা য়ৌরক্লে। খরা চৎলে হায়রগা উমং অদুদা মহাক্না পুখ্রি অচৌবা অমা থেংনরমই। পুখ্রি অদুগী মপান্দা মন্দির অমা লৈরমই। মন্দির অদুদা লাই লাৎলমই।

মথং মথং অমুম লাকপা অদুদা অনর্গলগী মশা অদু য়াম্না চোকথরমই। মহাক মন্দির মনাক অদুমক্তদা পোৎথারমই। মাংলবা পুখ্রি অদুদা থম্বাল য়াম্না শাৎলমই। থম্বাল মরক অদুদা লম ঙানুবা ঈরোইদুনা শান্নরমই। পুমমক অসি য়েংলগা অনর্গলগী পোৎথাবা হায়বা অদু ওইরমই। মহাক্না অমুম য়েংশিনখিবদা পুখ্রি মচী অমদা মৈথু কাবা উরমই।

নোংচুপ থংবা অভিয়াদা হুমিৎ মমুম চৎখরে। মতম অসিদা অঙকপা থৌদোক অমা থোক্লমই। মৈথু কাখৎলকপা পুখ্রী মচী অদুদগী মশক মতৌ কজরবী হুপী নিপালথক চোংখ্রোয়ক্লে।

মখোয়শিং অহু স্বর্গগী লাইরেম্বীমুক কন্দ্রমই। ঈশিংদগী কা-খৎরক্লগা মখোয় নিপাল অহু মন্দির মন্নুংদা তপ্না তপ্না চংলমই। অমম্নুং ল্যাইগী পূজা তৌরমই। পূজা হেক লোইবগা মখোয়না মন্দির অহুদা অহিং চুপ্পা জগোই শা৹না লেপ্লমই। অমুক অঙনবদা মখোয়না মন্দিরদগী হেক থোকপা তাঙ্গা অহুদা অনগলগা মখোয়গা থেংনরে। মুপীশিং অহুনা অনর্গলবু মখোয়গা লোইননা মখোয়গী মরৈবাক্তা চৎলুসি হায়রমই। অনর্গল অহু মখোয়গা লোইননা চৎনিংলমই, অহুদা ঈশিং মন্নুংদা চংব্না কীহ্না মহাক মফম অহুদা লৈহৌরে। মুপী নিপাল অহু ঈশিং মন্নুংদা চংখরে মশক উথিরে।

থৌদৌ অহু উবদা অনর্গল হ'য়নিংঙাই লৈত্তনা ওক্লমই। মহাক মরৈবাক তান্না হল্লমই। মতম কুইনা ম্যাংলুরবা মচা নিপাবু উবা ফংবা অহুদা মপা-মমা, শাগৈ-নাতৈ অমম্নুং মরুপ মপাং পুম্নামক য়াম্না হরাওরমই। থরা লৈরগা অনর্গল বিক্রমা-দিত্য নিংথৌ উম্নবা কোম্নুং তান্না চৎলমই। মহাকপু হেক উবদা নিংথৌ অহু য়াম্না হরাওরমই। নিংথৌনা মীরৈবাক্তা করি করি অঙকপা উরকপগে হায়না হংলকপদা অনর্গলনা পুম্নিদা উরকপা মুপী নিপাল অহুগী রারী অহু বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা নীরমই।

থুনেক অহুমক্লদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌ অনর্গলগা লোইননা হায়নম্বিবা পুম্নি অহুগী মপান্দা য়ৌরক্লে। মুশিং মযুম চংখরে। মুপী নিপাল অহু ঈশিং মন্নুংদগী লোংথোরক্লনা মন্দির মন্নুংদা চংখরে। লাইগী পূজা লোইরগা মখোয় নিপাল থোক্লনা মন্দির অহুদা অহিং লোংশোইবা জগোয় শারমই। অমুক ওক্তা মখোয় নিপাম্না মন্দিরদগী হেক থোরকপা তাঙ্গা অহুনা বিক্রমাদিত্য নিংথোগা থেংনরে। মখোয় নিপাম্না বিক্রমাদিত্য নিংথোদা

মখোয়গা লোয়নননা মরৈবাক্তা চংখিল্লনবা হায়জরমই।

মখোয়না হায়জবা অদু বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা য়ারমই। মহাক সুপীশিং অহুগী মতুং ইন্দুনা ঈশিং মনুংদা চংলই। মতৌ অসুম্না বিক্রমাদিত্য নিংথৌ অমসুং সুপীশিং অদ পাতাল য়ৌবরে। পাতাল হেক য়ৌবগা সুপীশিং অহুনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা ইকাই খুম্নবগা লোয়নননা হায়জরমই। —"নহাকী নখোনা উবদা ঐখোয় ঙক্কবা ওমদে। নহাক্না পাতালগী সিংহাসন অসি লৌবিয়ু অমসুং লৈবাক অসিগী নিংথৌ ওইবিয়ু।"

বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা হায়রমই। "ঐহাক নিংথৌ ওইগে হায়হনা মকম অসিদা লাকপা নত্তে। ঐহাকসু চাওরবা লৈবাক অমগী নিংথৌনি। ঐহাক য়েংনিংমন্দুনা মকম অসি য়ৌরক্লিবনি।" মহু তাবদা সুপীশিং অহুনা হায়রমই —"নহাকী রাঙাং-রাতা তাবদা অমসুং নখোনা উবদা ঐখোয় হায়নিংঙাই লৈতনা ওক্লে। ঐখোয়দা নিনিংবা বর নিয়ু, পিগে।"

মতাং অসিদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা সুপী নিপাল অহুদা হংলমই——"নখোয় কনা কনানো? মরী-মখোং শেংনা তাকপিয়। মহু তাজরগা বর নিজগে।"

সুপী নিপাল অহুনা খুম্লমই —"ঐখোয় মহাসিদ্ধি নিপালনি।" মহু তাবদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা মখোয় নিপালদা সিদ্ধি নিপাল পিবিয়ু হায়না বর নিরমই।

বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা পামজবা মতুং ইম্না সুপী নিপাল অহুনা মতোল্দা মণি নিপাল পিরমই। মহু পিবা মতমদা মখোয়না হায়রমই—"মণি নিপাল অসিগী অওকপা মগুণ লৈ। মণি অমমম্ অসিগী মপান্না পাংথোকপা ওমদবা থবক কয়া কয়া ইরাই লাইনা পাংথোকপা ওমই। লম্চম কংবা,

অনা-অয়েক কহনবা, মিকুপ অমগী মঙ্গুংদা য়ৌনিংবা লম য়োবা ওয়া-পুন্নমক অসি মশিন্সিং অসিগী মপান্না ওঙ্গনি।”

মুপী নিপাল অহুনা পিবা মপি নিপাল অহু পুন্না বি-ক্রমাদিত্য নিংথৌ মকম অহুদগী কোম্নুং তান্না খোংশান্নকলে। মহাক্ন ওস্তম লাকপদা ওম্নীদা ব্রাহ্মণ অমগা খোংনরমই। ব্রাহ্মণ অহুনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌবু আশীর্বাদ তৌরগা ইকথম্ন্ন হায়রমই—“মহারাজ, ঐহাক য়াম্না লাইরবা ব্রাহ্মণ অমনি। মরল মথুম লৈত্রবা মীগী মায়না তোনবা জীব অমা পৃথিবী অসিদা লৈতে। মরল-মথুম লৈতবা মী অহুদি পণ্ডিৎমক ওইরবস্ত মূর্খগা পাংথক্লি। লাই-রবা মরমদগী মুপী-অঙাং, মরী-মতা কন্না অমতনা ঐবু নুংশিদে। মুপীনা ওাংবা তাবা ওমশিল্লকত্রহুনা ঐহাক মুম থাদোক্নুনা লাক্নবনি।”

ব্রাহ্মণগী মরা তাবদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মথরাই নুং-ঙাইরমদে। মহাক্না থুরক অহুমক্তদা মপি নিপাল অহু ব্রাহ্মণ অহুদা পিথোক্নমই অমস্তুং মখোয় খুদিংমক্কী মগুণ তাক্নমই। ব্রাহ্মণ অহুনা মথুং অসি থাঙ্গংনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা আশীর্বাদ তৌরমই।

ব্রাহ্মণ অহু মাপ নিপাল অহু পুন্না হরাও হরাও য়ম্নুং-দা হনখি। বিক্রমাদিত্য নিংথৌস্ত কোম্নুং তান্না চংখি।

বারী অসি নীবা হেক লোয়রবগা কুম্নাখোইরবা লাইক-দিবী রক্তি- নীলানা ভোজ নিংথৌদা হায়রমই—“বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতৌঙ্গম নপুকচেল চাওররদি সিংহাসন অসিদা লোং-থংশিরক্ত।”

লাইকদিবীগী মরা তারদা ভোজ নিংথৌ ঙমিন্না লৈরে।

ব্রাহ্মণনা হায়রিবা মা অসি তানা তানা বিক্রমা-দিত্য নিংথৌনা মশাগী অপেংবা মরী-মথোং অহু তাক্লমদে। লোংখুনা থল্লমই। মথোর অসি ভগাক রাণী-মাতাই শানি[illegible] বিক্রমাদিত্য" নিংথৌনা ব্রাহ্মণ অমুদা হংলমই—"[illegible] [illegible] চৌকথনা ইবা অসিগী মরম করি লৈবগে? হায়রোকপদা খোইনা অকাপ্পবা মৈত্রবদি মরম অহু হায়রোকপিয়ু।"

ব্রাহ্মণ অমুনা খুমলমই "হায়রোকপদা খোইনা অকাপ্পবা লৈতে। মফম অসিদগী খরা থাঙ্খা চংলগা চীংজাও অমা লৈ, মমিং নীল পর্ব্বত কৌই। হায়রিবা চীংজাও অসিদা কামাক্ষ দেবীগী মন্দির অমা" লৈ। মন্দির অসিগী মচি অমদগী পাতাল তান্না চংপা খাবা লম্বী অমা লৈ। লম্বী অসি মতম পুম্নমক্তা থিংজিনদা লৈ। চহি তরানিথোই চুপ্পা দেবীগী মন্ত্র জপ তৌরা-বতঙ্গা থোং অহু হাংদোকই অমসুং মতম অহুতদা পাতাল চংবা য়াই। পাতালদা চংবা ওয়বতদা রসকী কুণ্ড ফংগদৌ-রিবনি। রস হায়রিবা অসি অঙকপা পোৎশক অমনি। মসিনা লোহাগীদা খাজু পুম্নমক সনা ওনহনবা য়াই। ঐহাক চহি তরানিথোই চুপ্পা দেবীগী মন্ত্র জপ তৌরকলবনি। মথু কাওবদা দেবীনা পেনবিদে। মসিগী মরক্তা ঐহাক খরাই মাত্রনা লৈরিবনি। ঐহাক্তি লাইরবা ব্রাহ্মণনি। ঐহাক্না খল্লমই পাতালদগী রস অদুগী মপান্নগী ঐহাক মী ওইবা ঙমগনি। [illegible] [illegible] অবাবা [illegible] [illegible] থাম্বা লৈবাক্তগী লাকুনা মকম অসিদা য়ৌরক্লিবনি। [illegible] ঐহী অমা, পুম্নমক কাহরে.

[illegible] [illegible] [illegible] বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী [illegible] অহু [illegible] [illegible]। [illegible] ব্রাহ্মণ অমুনা হায়[illegible]—[illegible] লোইরনা মন্দির অহু তান্না চংসি।

বিক্রমাদিত্য নিংথৌগা ব্রাহ্মণ অদুগা মতৌ অম্রা মন্দির তান্না চংখরে। মন্দির অদুদা মোরবদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা ভক্তিগা লোইননা দেবীগী মন্ত্র জপ তৌরমই। মন্ত্র থিনা থিনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা খাংখুমদগী খাংলাং শংতোকুনা মক্ক ককথংতুনা দেবীদা কংকদগী থৌরাং তৌরমই। খুদক অদু-মক্তদা দেবী চোংথোরক্লে। দেবীনা নিংথৌবু মথুংমক্ক খাম্নগা হায়রমই—"নংগী ভক্তি উবদা ঐহাক শুজ্বংলে। হৌজিক্তি নংনা নিনিংবা বর নিজরো।"

বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা হায়রমই—"ঐহাক্না লোইনরক্লিবা ব্রাহ্মণ অসি চহি তরানিথোই চুপ্পা দেবীগী মন্ত্র জপ তৌজ-রক্লবনি, মহু ফাওবদা মহাক্না নিংজবা থুংজি। নিংজরিবা অদু খু জনবা বর পিনবিয়ু।"

দেবীনা হায়রমই "ভক্তি য়াওরবদা থবক অমতা সিদ্ধ ওইগনবা লৈতে। ব্রাহ্মণ অসিনা মম্নদা থী, মশাদা ভক্তি য়াও-দে। ব্রাহ্মণ অসিনা রস পাম্বদগী অরাবা থাংলিবনি। নংগী ভক্তিদা থাংবা শুমদনুনা ঐহাক নমাংদা চোংথোরক্লবনি। ঐহাক পেল্লে, নহাক্না নিনিংবা বর নিজরো।" বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা হায়রমই—"ঐহাকপু চানবিরবদি ব্রাহ্মণ অসিদা মহাক্না পামজরিবা রস অদু পিনবিয়ু।"

বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মরা তাবদা পাতালগী থোং হাং-থোক্লগা রস লৌরকুনা মহু ব্রাহ্মণ অদুদা পিরমই। ব্রাহ্মণ অহু রস অহু পুহুনা মরৈবাক্তা হনখি। বিক্রমাদিত্য নিং-থৌসু কোমুং তান্না হনখি।

রারী অসি লীবা হেক লোইবগা কুমিথোইওবা লাই-কলিবী অদনবতীনা হায়রমই—"মহারাজ, বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতৌগুম নপুকচেল চাওরবদি সিংহাসন অসিদা লেপথরিরসু।"

লাইকলিবীগী মরা তাবদা চোক নিংথৌ ফুমিন লৈখরে।

# কুলহুমদোইঙবা লাইফদিবী

## চিত্ররেখা

মথক্কী মুক্তিং অহুম্ মমাংঙৈগী মতৌগুম্না হৌনবী যাগ-যজ্ঞ লোইরক্লুনা ভোজ নিংথৌনা শিংহাসনদা ফমগে হায়রুনা কুলহুমদোই গুবা লাইফদিবী চিত্ররেখাগী মকোক্তা মথোং হেক থাকংপদা লাইফদিবী অমনা হায়রকই—"সিংহাসন অসি বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা ফম্লমম্বনি। মহাক্কী মতৌগুম্না নগুণ লৈরবদি সিংহাসন অসিদা লংথংনিরকউ।"

লাইফদিবীগী ময়া তাবদা ভোজ নিংথৌনা হায়রমই—

"হায়রু, তাসি মহাক্কী মগুণ।"

মতাং অসিদা লাইফদিবী অহুনা য়াম্না অসি নীরমই—"নোংমা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা মমিং চংলে-চংলবা তীর্থ কয়া কয়া কোয়রক্লবগা কোম্নুংদা হল্লকলমই। মহাক্না নাদ-য়েক্না কোম্নুংদা চংলকপা অহুদা প্রজাশিংনা য়াম্না হরাওরমই।

বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা কোম্নুংদা হেক থুংলবগা স্নান তৌ-থাক্লমই অহুগা মন্দিরদা লাই খুরুম্বা চংলমই। মহাক্না মন্দির-দগী হেক থোরকপগা মহাকপু ঙাইরম্লিবা মীশিং অহুগা উন-রমই। মহাক্না অন্না-অনা লৈতা-লাইরবশিংদা শেল য়েল্লমই। মহাক্না ব্রাহ্মণশিংদা সনা তাকা য়েল্লমই। তিন্নমলিবা মীয়াম অহুবু পিজ-পিথক তৌরবা মতুংদা বিক্রমাদিত্য প্রসাদ ফংলমই। ফংলবা মতুংদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌ পোংথাখরে অমসুং চুমথখরে।

নোংঙাল্লমদাইদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা মং অমা মংলমই। মং অহুদা মহাক ইমোই তোংহুনা থা থংবা মাইকৈদ চংলমই। অহুদগী মহাক মিকপ থংথোক্ খোল্লমই। মহাক ঈশ্বরগী নাম শোল্ল-শোল্লহুনা কমুংদগী হৌগংলমই। অদুকী হৌনবী লোইর-বদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌ দাবরাম কল্লমই। নিংথৌনা অতম

অখৌশিংদা মং অছু লীরমই। অহৈ-অশিংশিংনা নিংথৌদা হঙংলমই—"মহারাজ, হন্দক মংলিবা মং অসি অফবা নত্তে, মং অসি মংবা মী শিগল্লি।" বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা মহু ক্লোক্লবা শাস্ত্রগী হৌনবী করি প্রতিকার লৈরিবগে হায়না হংলমই। অহৈ অশিংশিংনা খুম্লমই—"মহুগী প্রতিকারদি মহাযজ্ঞ অমা তৌবা তাই। যজ্ঞ অহুদা তিল্লবা মীশিং অহুনা মখোয় মখোয়না পাম্বা অহু মহারাজনা দান তৌবিগদবনি। যজ্ঞ লোইরবা মতুং মুমিৎ হুমনি অমম্ম নিংথৌগী পুক্কে হাংদোক্লুনা খম্বিগদবনি, অঙম্বা দান তৌথোকপিগদবনি। ময়ামা আশীর্বাদ তৌরবতদা মহারাজগী কত্তবা পুন্নমক কোকনি"

বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা মহাযজ্ঞ তৌরমই। মহাক্না অরাকপা মীশিংদা ওম্বথৈ দান তৌরমই।

য়ারী অসি লীবা হেক লোইরগা কুলহুমদোইগুবা লাইকদিবী চিত্রলেখানা ভোজ নিংথৌদা হায়রমই—"মহারাজ, বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতৌগুম দান তৌবিবা ঙম্বিরবদি সিংহাসন অসিদা লেংখৎপিরকউ।"

লাইকদিবীগী মরা তাবদা ভোজ নিংথৌ তুমিন লৈখরে।

# কুম্মরিশুবা লাইকাদবী

## সুত্তগী

অথংগী সুমিং অফুম্ মমাংডৈগী মত্তোওদা মিচ্চা-পূজা পোইদুনা ভোজ নিংথোনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী সিংহাসনদা লেং-থংকে হায়দুনা কুম্মরিশুবা লাইকদিবী সুত্তগাগী মঁকোকনা মথোং হেক খাক্কংপদা লাইকদিবী অহুনা হায়রমই— "মহারাজ, বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতৌগুম নগুণ লৈত্রবদি সিংহাসনদ ফমিদুনা লেংখৎপিরকনু।"

লাইকদিবীগী ময়া তাবদা ভোজ নিংথৌনা হায়রমই— "বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মগুণ হায়য়ু, তাসি। ঐহাক্না তাখল অমুক্কং তৌহুনা য়েংগে"

মতাং অসিদা লাইকদিবী অহুনা য়ারী অসি তীয়মই— 'বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী লৈবাক্তা লপোনবা নিপা অমা লৈরমই। মহাক ইনাক-কৈরাক য়াম্না থুরমই। মহাকী মচা অমি লৈরমই। মহাক্না অহল মতম ওইরকবদা মচাশিং কৌশিন্দুনা অস্মুমা হায়-রমই—"ইচাশা, য়েংউ, ইপা য়া হায়গে। ইপাদি লোংম-নোংমগী শোনজিল্লকলে। ইপানা শিত্রিভৈ অসিদা ঐহাক্কী ইরল-ইমুং থবদং লৈরিবা অসি নখোয় মরিমক্তা য়েন্থোক্লমগে। ঐহাক্না শিরগা নখোয় নশেন অমগা অমগা থংমহৌবা ইপা কয়া পাম-দে। নখোয় মরিগী ফংফম থোকপা সম্পত্তি অহু তোথায় তোথায়না কাংথোল মথোং মরি অসিগী মখা মথাদা ফুমহনা থম্বিরবনি। ঐহাক্না শিরবা মতুংদা কাংথোল মথোং মরিগী লৈপাক অহু তৌথোক্লগা নংগী নংগী সম্পত্তি লোনৌ।"

খরা লৈরগা অহল ওইরবা লপোনবা নিপা অহু শিরে। মতম খরা মচা মরি অহু হয়াও হুয়াও লৈমিন্নরমই। অহুদগী মৌ মশেন থংনরকপদগী মচিন্মনাও মরি অহু অমগা

অমগা তিন্নবা য়ান্নমদে। মখোয় মশেল তিন্নবা য়াদবা মরমদগী লাগীবা থবখা সম্পত্তি অদু মহৈ মহৈ লৌনরগি হায়রদুনা কাং-থোল মথোং শরিরী লৈপাক অদু তৌখোরমই। লৈপাক তৌখোত্তুনা য়েংবদা চকু মরি লৈরমই। অহানবা চকুগী মনুংদা লৈপাক য়াওরমই, অনিশুবা চকুগী মনুংদা চরু মকুম থম্মা, অহুমশুবা চকুগী মনুংদা শরু মচেং অমা অদুগা মরিশুবা চকুগী মনুংদা মৈতান মচেং অমা য়াওরমই। মপাগী মরল-মথুম মরৈরম অদুগা হৌজিক লৈরম্লি-বা পোৎতা অসিগা য়েংনবদা মচা মরি অদু পুমত্তক ওক্রমই। পোৎশকশিং অদু মপানা থবখা মরল-অথুম অদু য়েন্নবা তাক-পা ইঙ্গিতশি হায়না মখোয়না লৌরমই। মখোয় মশেল মেন তানত্তুনা অথং-অহৈ কয়া কয়াদা রা তাগ্নরমই। কনা অমতা তাব তারমদে। মখোয় মরি উজ্জয়িনী তাম্মা চংখ্রে। মখোয়না বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা রারী অদু লীরমই অমসুং মপানা থবখা পোৎশক মরি অদুগী ইঙ্গিত অদু তাকপিয়ু হায়জরমই। বিক্রমাদিত্য নিংথৌসু ইঙ্গিত অদুগী অর্থ ফোংদোকপা ঙম্মদে।

মচিমনাও মরি অদু কোয়চং চংজুনা মী কয়া কয়াদা অর্থ অদু কোংবিনবা কোয়হং হংলমই। মমৈথংদা মখোয় মরি শালিবাহন নিংথৌগী মকমদা চংলমই। শালিবাহন নিংথৌনা হায়রমই——"লৈপাক অদুনা লৌ-ইংথোল খওহল্লি, চরু মকুম অদুনা মহৈ-মরোং থংহল্লি, শরু মচেং অদুনা শা-মণ থংহল্লি অদুগা মৈতান অদুনা হীরা মণি-মুক্তানচিংবা খওহল্লি।"

শালিবাহন নিংথৌগী মরা তাবদা মচিমনাও মরি অদু রানরে। য়ানবা মতুং ইন্না মমাখা অহল অদুনা লৌ-ইংথোল, অনিশুবা অদুনা মহৈ-মরোং; অহুমশুবা অদুনা শা-মণ অদুগা মরিশুবা অদুনা হীরা মণি-মুক্তা লৌনরে। মতৌ অসুম্না মচিম-নাও মরি অদু মহৈ মহৈ থারদোকরে।

শালিবাহন নিংথৌগী সম্পত্তি মরেল অসিগী পাও বিক্রমাদিত্য নিংথৌ য়েৌরে। মহাক্না শালিবাহন নিংথৌবু ফুক থাহনা উজ্জয়িনী কোম্বংদা কোথংহল্লমই। শালিবাহন নিংথৌনা য়ারমদে। মহাক্না হায়রমই —“বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা ঐহাকপু উননিংলবদি মকম অসিদা উনথিরবা য়াগনি।”

শালিবাহন নিংথৌগী মরা তাবদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌ ইকায়বা নংলমই। মহাক্না থুদক অহুমকদা শালিবাহন নিংথৌগী নাপল থুদেক্কে হায়রুনা লান্মী পুরুনা প্রতিষ্ঠান নগর তাম্না থোংশাল্লমই।

শালিবাহন নিংথৌম্বু লানগীদমক্তা থেম-শাহুনা লৈরমই। বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী লান্মীগা শালিবাহন নিংথৌগী লান্মীগা লান কয়া থেংনরমই লান অহুদা শালিবাহনগী লান্মীমথৈ লোইনা শিরমই। শালিবাহন নিংথৌনা উপায় অমা ঊহরুনা অনন্তনাগপু থুরমজরমই। অনন্তনাগনা পেনথিরহুনা লীন লিশিং লিশিং লানকম অহুদা থাদক্লে। লীনশিং অহুনা চিকহুনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী লান্মীশিং অহু জান মাংহনা লৈরমই। মতৌ অহু ঊবদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌ অহু তৌকম থাজনা লৈরমই। মহাকন্না তৌনিংঙাই লৈরহুনা লীনগী লাই বাসুকীগী মকমদা থৌজানথিনবা হায়জরমই। চহি মাপল চোথরে। নোংমা বাসুকীনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা হায়রমই——“অমৃতনা থল্লবা পাত্র অসি লৌ। নংগী শিরবা লান্মীশিং অহুগী মথক্তা অমৃত অসি চাইয়ু, মথোম্ম পুন্নমক লোইনা হিংহনলকথিনি।”

বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা বাসুকীবু থুমজগা অমৃত য়াওবা পাত্রহু পুহুনা লানকম তাম্না চংথরে। মহাক্না অমুক চংথিংদা লম্বীদা মহাক্না ব্রাহ্মণ অমগা থেংনরমই। ব্রাহ্মণ অহুনা

বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা হায়রমই—"মহারাজ, পুকচেল চাওবদা মহারাজগী পাবিনবা নী অমা লৈতে।"

ব্রাহ্মণগী মরী তাবদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা হায়রমই—"অকপিয়ুঙ্ কমি পাম্বীবগে?" ব্রাহ্মণ অদুনা হায়রমই—"মহারাজগী খুৎনা লাইবিরিবা অমৃতকী পাত্র অদু ঐঙোন্দা পিনবীয়ু।"

বিক্রমাদিত্য নিংথৌ ওহাক রাখল তৌরমই। মহাক্না লাইগী থৌজান্নগী থংবা ওন্নরই মহুদি শালিবাহন নিংথৌনা ব্রাহ্মণ অদুদা শেন্নুম য়াম্না পিদুনা অমৃতগী পাত্র অদু লৌ-থোক্কবা য়ারকপনি। মসি খংলা থংনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা থোইনা চিনেরা তৌবনা অমৃতগী পাত্র অদু ব্রাহ্মণ অদুদা দান তৌথোক্লমই। ব্রাহ্মণ অদু হরাওদুনা অমৃতগী পাত্র অদু পুদুনা শালিবাহন নিংথৌগী মফম তাম্না চৎলমই।

বিক্রমাদিত্য নিংথৌসু উজ্জয়িনী কোম্নুং তাম্না চৎবি।

রানী অমি লীলা ছেক লোইবগা কুন্নরিগুবা লাইফদিবী সুভ-গানা ভোজ নিংথৌদা হায়রমই—"মহারাজসু বিক্রমাদিত্য নিং-থৌগী মজোওবা পুকচেল চাওরবদি সিংহাসন অসিদা লেংথং-গিরকউ।"

লাইফদিবীগী মরী তাবদা ভোজ নিংথৌ তুমিন লৈখরে।

# কুম্মডাগুবা লাইফদিবী

## প্রিয়দর্শনা

মথংগী নুমিৎ অতুম্মু স্নান অমসুং আহ্নিক লোইরনা ভোজ নিংথৌ কুম্মডাগুবা লাইফদিবী প্রিয়দর্শনাগী মকোক্তা সিংহাসন্দা লেংথৎকে ছায়রুনা মথোং হেক থাঙ্গৎপদা লাইফদিবী অতুনা হায়রমই—"মহারাজ, বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতৌগুম নগুণ লৈরবদি সিংহাসন অসিদা লেংথৎপিরকউ।"

লাইফদিবাগী মরা তাবদা ভোজ নিংথৌনা হাযরমই—"হায়যু, তাসি বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মগুন।

মতাং অসিদা লাইফদিবী অতুনা ৱারী অসি হীরমই—"নোংমা বিক্রমাদিত্য নিংথোনা রাজ দরবারদা লেংশিল্লিডেদা পণ্ডিত অমা চংলকই। মহাক্না মহারাজদা হঙ্গৎলমই—"মহারাজ, হন্দক্তি লৈবাক অসিদা নোং তারঃরোই। মচুনা মবম ওইদুনা মহৈ-মরোং থোক্লরোই, চাক তাংদুনা মী য়াম্না শিরগনি।"

পণ্ডিতকী মরা তাবদা নিংথৌ অতু প্রজাশিংগীদমক্তা য়াম্না ৱারমই। বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা পণ্ডিত অতুদা হায়রমই—"মসি কোক্নবা কবি উপায় লৈরি?" পণ্ডিত অতুন হায়রমই—উপায় লৈ। মহারাজনা বরুণ হায়বা লাই অতুনা পেনবিনবগীদমক্তা যজ্ঞ অমা কৎলবদি নোং চুগনি, মহৈ-মরোং চুম্না পানগনি। মতুংদা চাকতাংবা থোক্লোই, মী শিরোই।"

পণ্ডিতকী মরা তাবদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা যজ্ঞ অতু লিংথৎনবা স্না য়াথং পিরমই। অনকপদা অমসুং অরাপ্পদা লৈবা ব্রাহ্মণ-পণ্ডিতশিং নিমন্ত্রন কংলদুনা যজ্ঞ অতু য়াওররে। যজ্ঞ অতুদা লাকপা লৈত-লাইববা মীশিংদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা শেহুম দান তৌরমই। যজ্ঞ লোইরবা কাওবদা নোং চুজে।

নোং চুদবগী প্রজাশিং হায়নিংঙাই লৈতনা য়ানরে। প্রজাশিংগী অৱাবা উবদা নিংথৌগী অৱাবা ওইথরে। বিক্রমাদিত্য নিংথৌ অসু তৌকয় থংখিরে।

মতম অসিমতদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা দৈববানী অমা তাৱমই— "মহারাজ, যজ্ঞ তৌকয় মনাকমতদা লৈরিবা মন্দির মমাংমতদা কনাগুম্বা মঙাল চেন্নবা নিপা অমবু বলি তৌরবদি নোং চুগনি অমসুং প্রজাশিংগী অৱাবা লোককনি।"

দৈববানী অসু হেক তাবগা বিক্রমাদিত্য নিংথৌ অসু হায়রিবা মন্দির অসু তায়া চৎলমই অমসুং থাংশাং অসু থংগৎ শংতোক্লুনা মকোক ককে হায়দুনা থাংশাং অসু হেক থাঙ্গৎলকপদা লাই অদুনা চোংথোরক্লুনা থায়মই। মহাক্না বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা হায়রমই—"নহাক্না মীগী কারনবা তৌবা অসিদা ঐহাক পেল্লে। নহাক্না নিনিংবা বর অমা নিজৌ।"

বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা হায়রমই - "নহাক্না চানবিরবদি লৈবাক অসিদা নোং তাহনবিয়ু।" লাই অদুনা মহুমক ওইরসু হায়না বর পিরগে অদুক কুইনা চুরক্লবা নোং অসু মতম থরগী মসুংদা চুথরক্লে। মহৈ-মগোং চুরা পাল্লে, প্রজাশিংগী অৱা অনা লোক্লে।

য়ারী অসি নীবা হেক লোইবগা কুম্বতাভবা লাইকথিবী প্রিয়দর্শননা ভোজ নিংথৌদা হায়রমই "মহারাজ, বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতোঙম মীগী কারনবা তৌবা ওইবদি সিংহাসন অসিদা কপীয়ু।"

লাইকথিবীগী মখা ভবদা ভোজ নিংথৌ না চাংথিরে, চুমিন লৈথরে।

# কুন্তরুকওবা লাইকদিবী
## কামোন্মাদিনী

মথংগী পুনিং অহুম্ম মহাংগী মতৌগুমা অর্চ্চা-পূজা লোইরহুনা ভোজ নিংথৌন বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী সিংহাসনদা লেংথকে হায়দুনা কুন্তরুকওবা লাইকদিবী কামোন্মাদিনীগী মকোকতা মথোং হেক থাক্লংদা লাইকদিবী অদুন হায়রমই— "মহারাজ, সিংহাসন অসি বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা কমলথনি। বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতৌগুম নগুণ লৈরবদি সিংহাসন অসিদা লেংথৎপিরকউ।"

লাইকদিবীগী মরা তাবদা ভোজ নিংথৌনা হায়রমই— "বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মগুণ হায়দু, তাসি "

মতাং অসিদা লাইকদিবী অদুনা য়ারী অসি নীরমই— "তাবিয়ু মহারাজ, বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মগুণ নীজগে। নোংমা সর্গদা লাইশিংগী সভাদা পৃথিবীদা লৈরিবা নিংথৌশিংগী মগু নৈনরমই। সভা অদুদা নারদ মুনিনা হায়রমই— "পৃথিবীদা লৈরিবা নিংথৌ অমতনা গুণ লৈবদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌগা লান্থা পাবা য়ারোই। মহাক্তি মীগী কান্নবদা তৌই অমম্মুং দান তৌবদা শাগেংদে। মহাক পুকচেল তপ্পা নিংথৌনি"।

নারদ মুনিগী মরা তাবদা লইয়াম অদু পুনশক ওক্লমই। লাইয়াম অদুনা পৃথিবীদা অসিগুম্বা মগুণ চেনবা নিংথৌ লৈরমগনি হায়বা অসি থাজরমদে। লাইয়াম্না ইওক ওক্লবা মতৌ অদু উবদা কামধেনুনা হায়রমই—"মসিদা থোইনা ওক্লিংওই লৈতে। মরমদি পৃথিবীদা ওক্ল-ওক্লবা পোৎশক য়াম্না লৈ। চাং য়েংবিরবদি মহুক্কী প্রমাণ মতিক চানা ফংবিগনি।"

কামধেনুগী মরা তাবদা দেবরাজ ইন্দ্রনা হায়রমই—"নং পৃথিবী তাম্না চৎলো অদুগা বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মগুণ চাং য়েংলুরে। মহাক্না মীগী কান্নবা কদায় কাওবা তৌবা ওবগে হায়বদু খুড়লকউ।"

দেবরাজ ইন্দ্রগী যাথং কংলকুনা কামধেনু মর্ত্যদা য়ৌরক্লে। মহাক মশা শোনবী মণবী অমগী মওং লৌরকুনা পুখ্রি অমদা লৈখোম মরক্তা মশা তংখায় অমা পুংখশিন্নকুনা লৈরে অমসুং অরাবদা তারে হায়বগী মওংদা খো লমই মতম অকুদা বিক্র-মাদিত্য নিংথৌ পুখ্রি মন্না অদোমদা চংলমই। মশা শোনবী মণবী অকুগী মতৌ উবদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌ মণবী অকুগী মনাক্তা হাংচিনখিকুনা মণবী অকুবু লৈখোম মরক্তগী চিংখংনবা হোৎনবমই তৌইগুম্বসুং চিংখৎপা ঙম্মদে।

মণবী অকু চিংখৎনবা হোৎনবদা নুমিৎ তাশিনখরে। থেংজিল্লকলবদা কৈজাও অমা পুখ্রি মপান অকুদা ফাওরক্লে। মহাক্না হৌনা হৌনা খোংবা অকুদা মকম অকু থক্ থক্ নিক্লমই। মকু ফাওবদ বিক্রমাদিত্য নিংথৌ অকু কৈজাও অকুদা মিং-চিনা ফাওবা ঙম্লমদে। কৈজাও অকুনা শোকপা তারে খন্দুনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌ মণবী অকুবু শংকুনা অহিং অকুমা লেল্লে।

নোংঙাল্লকলে। কৈজাও অকু চংখবে। কামধেনু হায়-রিবা মণবী অকু পুখ্রি অকুদগী কংফান্দা কাখৎলক্লে। কাম-ধেনুনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা হাযরমই—"ঐহাক কামধেনুনি। নহাক কদায় ফাওবা নবুক তম্লগে অমসুং কদায় ফাওবা মীগী কান্নবা তৌবা ঙম্বগে হায়বা অকু চাং য়েংবা মর্ত্য অসিদা লাকপনি, দেবরাজ ইন্দ্রনা থাবকপনি। হৌজিক নহাক্না জয় ওইরে, নংনা নিনিংবা বর নিজো।"

কামধেনুগী মন্না তাবদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা হায-রমই—"ঐনা নিনিংবা বর লৈজদে, ঐগী থোইদোকপা অরাং অপা লৈজদে।" বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মরা তাবদা কামধেনু অকু থোইনা হেন্না পেল্লমই। মহাক্না হায়রমই—"অকু ওইর-বদি ঐহাক নংগী নমাক্তা লৈরগনি।" অসি হায়রগা কামধেনু

অতু বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতুং তবি তবি ইল্লমই। মথোয় অনি অসুম লাকমিন্নবা অসিনা লম্বীদা ব্রাহ্মণ অমগা থেংনরমই।

ব্রাহ্মণ অতুনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা হঙ্গৎলমই "মহারাজ, ঐহাক লাইরবা ব্রাহ্মণ অমনি। লাইরবা ঐহাকী ইমুং অসি অয়ুক চারগা মুমিদাং চরা হেল্লিবনি। মহারাজনা চানবিতুনা ঐহাকী অরাবা অসি কোকহন্নবা থৌরাং তৌবিয়ু।"

মতু তাবদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা হান্নরকই "করি নতেং পাংউ হায়বগে তাকপিয়ু।" ব্রাহ্মণ অতুনা হায়রমই—"ঐগী লৈত-লাইরা অসি পুমকোক কোক্লনবা থৌরাং অমা তৌবিরবদি ঐহাক য়াম্না নুংঙাইজগনি।" বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা ব্রাহ্মণ অতুদা হায়রমই—"ঐগা লোইনরক্লিবা ষণবী অসি নঙোন্দা দান তৌরবনি। মসি কামধেনু হায়বা ষণবী অতুনি। অপাম অপাম্বা অতু মহাক্না পিগনি। নহাকী লৈত-লাইরা অতু পুমকোক কোক্লগনি।"

ব্রাহ্মণ অতুনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌবু মথুৎ অনি থাজৎতুনা আশীর্ব্বাদ তৌরম্লগা কামধেনু হায়রিবা ষণবী অতু পুতুনা ময়ুম তান্না চৎখরে। বিক্রমাদিত্য নিংথৌসু কোন্নুং তান্না লেংখরে।

য়াম্রী অসি লীবা হেক লোইবগা কুম্ভরুকশুবা লাইফদিবী কামোন্মাদিনীনা ভোজ নিংথৌদা হায়রমই—"মহারাজ, নহাক বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতৌগুম দান তৌবা ঙম্মা? ঙম্বিরবদি সিংহাসন অসিদা লেংথৎপিরকউ।"

লাইফদিবীগী মন্না তাবদা ভোজ নিংথৌ তুমিন লৈখরে।

# কুন্তরেৎগুবা লাইফদিবী

## সুখসাগরা

মথংগী মুমিৎ অদুসু অর্চ্চা-পূজা লোইরদুনা ভোজ নিংথৌনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী সিংহাসনদা লেংখৎকে হায়দুনা কুন্তরেৎগুবা লাইফদিবী সুখসাগরাগী মকোক্তা মখোং হেক থাঙৎপদা লাইফদিবী অদুনা হায়রমই—"মহারাজ, বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতৌগুম নশাগী ওইজবা থাদোকপা ঙম্লমদি সিংহাসন অসিদা লেংখৎপিরকউ।"

লাইফদিবীগী মরা তাবদা ভোজ নিংথৌনা হায়রমই— "বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা কদায় ফাওবা মশাগী ওইজবা থাদোকপা ঙমখিবগে হায়বা অদু তাসি, হায়যু।"

মতাং অসিদা লাইফদিবী অদুনা ৱারী অসি নীরমই – "তাবিযু, মহারাজ! বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা অস্লুম মথং মথং কোয়রকপা অসিনা লৈবাক অমদা থুংলরে। লৈবাক অদুদা পাল্লমবা নিংথৌ অদু লমচৎ-শাজৎ ফজরমই, ৱায়েন বিচার চুম্না তৌরমই অমসুং ঈশ্বরদা ভক্তি লৈরমই। মহাক্না প্রজা পুম্নমকপু চপ মান্নবা মিৎয়েংনা য়েংলমই।

বিক্রমাদিত্য নিংথৌ লৈবাক অদুদা মুমিৎ মঙানি লৈথোক্লমই। মহাক্না লৈরিবা সহর অদুগী মচী অমদা ফজরবা লাইশং অমা লৈরমই। পুক্রি অদুদা ইরু-মাইথজবা লোইরগা বিক্রমাদিত্য নিংথৌ অদু লাই খুরম্বা মন্দির মনুংদা চংখরে। লাই খুরম্বা হেক লোইবগা মহাক মন্দির মমাংদা পোৎথাদুনা লৈরমই। মতম অদুমক্তদা নিপা থরা মকম অদুদা লাক্লমই। মখোয়গী মনুংদা নিপা অমদি মশক-মতৌ অমসুং ৱাশি গুণ চংখোল্লমই। হেক য়েংবদা নিপা অসি নিংথৌমচা নত্রগা ইনাক-কৈরাক খুনবা মচা অমা ওইনা উরমই।

বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা নিপা অতুগী মরী-মথোং খঙনিংলমই। নিপা অতুনা মকম অতুদা কুইনা লৈরমদবা মরম্না নিংথৌ অতুনা মহাক্কী মরী-মথোং থিবা ওমহৌত্রে। মথংগী সুমিং অতুদা হায়রিবা নিপা অসিমক মন্দির অতুদা লাক্লমই। সুমিং অতুদি মহাক অসি লাইরবগী ফিজেৎ শেৎতুনা লাক্লমই. মহাক্কী থংহোং হোংলকপা ফিবম অতু উবদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা মহাক্কী মনাক তাম্না চংলমই অমসুং ফিবম থংহোং হোংবগী মরম হংলমই। মহাক্না হায়রমই-- "ঐগী ইরমদা থোইনা থংবিনিংলোই। ঐহাক লমচৎ নাইদবা অমসুং লাইবক থিরবা নিপা অমনি। ঐহাক জুয়ার শান্নবদা মাংজরবনি। জুয়ারগী মখাইনা ঐহাক ঙাওচৎনতুনা কোয়চৎ চৎলিবা অসিনি।"

নিপা অসিগী ফজবা ৱাঙাং অসি তাবদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌ অতু পেল্লমই। মহাক্না হায়রমই—"নংগী ৱাঙাং তারগা নরোশিং লৈবা মাল্লি। নহাক্না জুয়ার অসি য়োৌনা পাম্নবগী মরমদি করিনো?" নিপা অতুনা খুম্লমই—"মরোশিং লৈবা মীসু লাইবক্না থিরবদি হঙোয়বা থবক কয়া কয়া তৌই। হৌথিবনা হৌখরে। হৌজিক্তি করি তৌরগা সুংঙাইনা সংসার অসি লেনবা য়াগদগে হায়বা অতুগী লম্বী অমতা তাকপিয়ু।"

বিক্রমাদিত্য নিংথৌগা নিপা অতুগা মতৌ অসুম্না ৱারী শামিন্নরিঙৈদা নিপা অনিথকসু মকম অতুদা লাক্লমই। মথোয় অনিসু ৱারী শাতুনা সুংঙাইখিন্নরমই। মথোয় অনি অতুগী মনুংদা অমনা হায়রমই—"মকম অসিদগী থরনং চংলগা জঙ্গল অমদা মহাকালীগী মন্দির অমা লৈ। মন্দির অতুগী কাচিন অমদা পাত্র অমা লৈজুংদা কুমহনা লৈ। হায়রিবা পাত্রশিং অসি মনাক্না পিক লাক্নি। মহাকালীদা ঈ কৎতুনা পেলহনবা ওবা মী অতুজনা অতুগুবা পাত্রশিং অতু ফংগনি।"

মখোয় অনিনা ভাংনরিবা য়া অদু তাবগা বিক্রমাদিত্য নিংথৌ মন্দির অদু তান্না চংলমই। তুরেন্দা ইরুজথোক্লগা মহাক মন্দির মনুংদা চংলমই অমসুং মহাকালীবু খুররুমই। মহাক্না থাং শংতোক্লমই অমসুং থাং অদুনা মগুক কক্লে হায়না থোরাংলমই। খুদক অদুমক্তদা মহাকালীনা মমাংমক্তদা ফাওরক্লে অমসুং হায়রমই—"নহাক্কী ভক্তি উবদা ঐহাক পেল্লে। নহাক্না নিনিংবা বর নিজো।"

মতম অদুদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা সনা হাপ্পা পাত্রশিং অদু পিনবিয়ু হায়না বর নিরমই। মহাকালীনা খুদক অদুমক্তদা পাত্রশিং অদুনা লৈরিবা মফম অদু মখুৎনা থিন্দুনা তাক্লমই। লৈমুংদগী পাত্রশিং অদু ফুক্তোক্লগা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা জুয়ারী অদুদা লোইনা পিথোক্লমই অমসুং হায়রমই—"ওসিদগী হৌনা নহাক জুয়ার শান্নবা তোক্লো, সনাশিং অসি নযুম তান্না পুবগা য়ুম পানবা ওন্নবা হোৎনরুরো।"

য়ারী অসি লীবা হেক লোইবগা কুস্তরেৎগুবা লাইফদিবী সুখসাগরানা হায়রমই—"মহারাজ, বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতৌগুম নশাগী ওইজবা থাদোকপা ঙমগদ্রা? ঙমগদবা লৈরবদি সিংহাসন অসিদা লেংখৎপিরকউ।"

লাইফদিবীগী ময়া তাবদা ভোজ নিংথৌ তুমিন লৈখরে।

# কুম্লিপালগুবা লাইফদিবী

## শশীকলা

অথংগী তুমিং অদুমু ভোজ নিংথৌ যাগ-যজ্ঞ লোইরদুনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা কমলাম্বা সিংহাসন অদুদা লেংখৎকে হায়রদুনা কুম্লিপালগুবা লাইফদিবী শশীকলাগী মকোক্তগী মথোং হেক খাক্তংলদা লাইফদিবী অদুনা মথোন থোক্লা হায়রমই—"মহারাজ, সিংহাসন

অসি বিক্রমাদিত্য নিংথৌন ফমলম্বনি। মহাক্কী মতৌশুন্না পুকচেন চাওরবদি সিংহাসন অসিদা লেংখৎপিরকউ।"

লাইফদিবীগী মন্না তাবদা ভোজ নিংথৌনা হায়রমই—"বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মগুণ হান্ন তাখিসি, হায়য়ু।"

মতাং অসিদা লাইফদিবী অহুনা ৱারী অসি লীরমই—"বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা অস্নুম মথং মখং লৈবাক কোয়রকপদা সহর অমদা য়ৌরক্লে। সহর অদুদা লাইশং য়াম্না লৈরমই। বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা তুরেন্দা ইরুজথোক্লগা লাইশং অমদা চংহুনা লাই পূজা তৌরমই। হৌনবী পূজা লোইরহুনা মন্দির মনুংদগী মপান থোরক্লগা মন্দির মন্নাদা পোৎথারমই। মতম অদুমক্তদা নিপা মরিখক মফম অদুদা লাক্লমই।

বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা মখোয় মরিদা হংলমই—"কনা কনানো? কদায়দগী লাকপিবনো?" মখোয়না খুম্লমই—"মহারাজ, ঐখোয় তীর্থযাত্রীনি। ঐখোয় বেতালপুরীদগী চেল্লকতুনা মফম অসিদা য়ৌজরক্লিবনি।" মখোয় মরিনা চেল্লকপনি হায়বা অদুদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা মখোয়দা হংলমই—"নখোয়না মফম অদুদগী অসি তাম্না চেল্লকপগী মরম করিনো?"

নিপা মরি অহুনা হায়রমই—"ওস্থোকপনি, মহারাজ! লৈবাক অদুগী অকীবা ফংলবা নিয়ম অমা লৈ হায়বসি ঐখোয় খণ্ডলমদে। লৈবাক অদুবু কোল্লিবা দেবী অদুগী মমিং শোণিতপ্রিয়া কৌই। লৈবাক অদুগী মঙ্গল ওইননবগীদমক্তা নিংথৌ অমসুং ইনাক-কৈরাক খুনবা মীশিংনা চহি খুদিংগী অফবা নুমিৎ অমদা দেবীগী পূজা চাওনা কংলি। পূজা অদুদা দেবীগী পেন্নবগীদমক্তা মী বলি তৌই। নুমিৎ অদুদা মীরৈবাক্কগী লাকপা মতিক-মগুণ লৈবা মী অমবু ফারগা বলি তৌই। হায়রিবা পূজাগী নুমিৎ অদুমক্তদা ঐখোয় মরি সহর অদুদা থুংলমই। নিংথৌগী মনাইশিংনা ঐখোয়বু কাগদবগী কোয়থি থিরকপা অদুদা ঐখোয় মফম অসি তাম্না হৌদুনা

চেল্লকলবনি ।"

নিপা মরি অদুগী মরা তাবদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা তাল-বেতালবু থংনিং নিংশিংলক্লে। নিংশিংবগা য়োরকপগা চপ মান্নে। নিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্না মথোয়না বিক্রমাদিত্য নিংথৌবু বেতালপুরী তান্না পুরমই। পূজাগী নুমিৎ অদু য়ৌদ্রিবা ফাওবা বিক্রমাদিত্য নিংথৌ সহর অদুদা লৈরমই।

বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা নুমিৎ খুদিংগী শোণিতপ্রিয়া হায়রিবা দেবী অদুগী মন্দিরদা চংতুনা পূজা তৌরমই। নোংমা নিংথৌ অদুনা মন্দির অদুগী পুরোহিতকী মচিন্দগী তারমই, মদুগী নোংঙানবগা দেবীগী চহিগী পূজা তৌগনি। নুমিৎ অসিদা মী বলি তৌদুনা পূজাগী হৌনবা চংথগনি।

নোংঙাল্লে। বিক্রমাদিত্য নিংথৌ অয়ুক ঙন্না হৌগৎতুনা ইরুজথোক্লে অমসুং অর্চ্চা-পূজা লোইথোক্লে। অদুদগী মহাক পূজা য়াওবা মন্দির তান্না চংলম্লই। খরা লৈরগা নিংথৌগী মনাইশিংনা নিপা অমবু পুল্লদুনা পূজা মফম অদু তান্না পুরক্লমই। নিপা অদু ময়াং য়াম্না কংলমই, হেক য়েংবদা লাইরবা মীশক অমা ওইনা উরমই। নিপা অদু কীবনা মশা থক্ থক্ নিক্লমই।

খরা লৈরগা লৈবাক অদুগী নিংথৌ অদুগা ইনাক-কৈরাক খুনবা মীশিংগা পূজা য়াওবা দেবীগী মন্দির অদুদা লাক্লমই। বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা মথোয়দা হায়রমই – "নিপা অসি দেবীদা বলি কৎপা মতিক চাদে, ময়াং কংই অমসুং লাইরনা উই। মহাকপু থাদোকপিথো অদুগা ঐহাকপু বলি কৎপিয়ু। মদুম তৌবিরবদি দেবীনসু পেনবিগনি।"

নিংথৌনচিংবা ত্তিরমলিবা মীয়াম অদুনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা হায়রবা অদু য়ারমই। বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা দেবীগী ময়াংদা হোংচিনথিদুনা মখুৎতা পাইরিবা থাংশাং অদুনা মগক ককদবগী

থৌরাং তৌরমই। মতৌ অদু উবদা দেবীগী মুর্ত্তি অদু নিক্লমই। মিকুপ অমগী মনুংদা দেবী চোংথোরক্লে অমসুং থাং অদু পাইহনা খায়ে। মহাক্না হায়রমই—"ভাইখো, নহাক্না মীগী কান্নবা তৌবা উবা অসিদা ঐ পেল্লে। হৌজিক নংনা নিনিংবা বর নিজৌ।"

* বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা হায়রমই "দেবি, ঐগী থোইদোকপা অরাং-অপা লৈজদে। নহাক্না চানবিরবদি মী ওইনা অমুক হন্না পোক্তনবা অদুগুম্বা বর অদু পিনবিয়ু।"

দেবীনা নিংজরিবা অদু থুংজরো হায়রগা থংমাং মাংখরে।

রারী অসি লীবা হেক লোইবগা কুম্নিপালগুবা লাইফদিবী শশীকলানা হায়রমই—"মহারাজ, বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতৌগুম্না পুকচেল চাওবা, পুকচেল তপ্পা অমসুং পুকচেল লেপ্পা হায়রিবা গুণশিং অসি চেনবিরবদি সিংহাসন অসিদা লেংখৎপিরকউ।"

লাইফদিবীগী মরা তাবদা ভোজ নিংথৌ তুম্মিন লৈখরে।

# কুম্মাপলগুবা লাইফদিবী

## চন্দ্ররেখা

মথংগী নুমিৎ অদুসু হৌনবী অর্চ্চা-পূজা লোইরহনা ভোজ নিংথৌনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা ফমলম্বা সিংহাসন অদুদা লেংখৎকে হায়রহনা কুম্মাপলগুবা লাইফদিবী চন্দ্ররেখাগী মকোক্তা মখোং হেক থাঙৎপদা লাইফদিবী অদুনা হায়রমই—"মহারাজ, সিংহাসন অসি বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা ফমলম্বনি। মহাক্কী মতৌগুম নগুণ লৈরবদি সিংহাসন অসিদা লেংখৎপিরকউ।"

লাইফদিবীগী মরা তাবদা ভোজ নিংথৌনা হায়রমই—"বিক্র-মাদিত্য নিংথৌগী মগুণ হায়য়ু, তাসি।"

'মতাং অসিদা লাইফদিবী অদুনা হ্নারী অসি লীরমই - "নোংমা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা রাজসভাদা লেংশিন্দুনা লৈরিঙৈদা ব্রাহ্মণ অমা লাক্লমই। ব্রাহ্মণ অদুনা মথুৎ অনি থাঙ্গৎতুনা নিংথৌ অদুবু আশীর্ব্বাদ তৌরমই অমসুং হায়রমই— "মহারাজ, মতম কুইনা পুনশিবিয়ু, মহারাজগী নজাইবুংডো অমসুং নজাইবেস্মশিংসু মতম কুইনা পুনশিসনু। মতম কুইনা নিংথৌ ওইদুনা পানবিয়ু। নোঙৌবী হায়বা উচেক অদুনা নোংগী ঈশিং ঙাইবগুম ঐহাকসু মহারাজগী নতেং ঙাইজরি " অসি হায়রবা মতুংদা ব্রাহ্মণ অদুনা মথা তারকই— "মহারাজবু হেক উবদা ধনেশ্বর নিংথৌগী রা থংনিং নিংশিংলকই। ধনেশ্বর হায়রিবা নিংথৌ অসি জম্বীর লৈবাক্তা পাল্লমই। মহাক্না লৈত লাইরবা মীশিংদা শেন্থুম য়াম্না দান তৌবমই। মী অমতা নিংবা কায়দুনা ময়ুমদা হল্লমদে। ধনেশ্বর নিংথৌনা বসন্ত উৎসব তৌরমই। উৎসব অদুদা মহাক্না দান য়াম্না তৌরমই। মী লক্ষ লক্ষ দান লৌবা লাক্লমই। নিংথৌনা মীশিং অদুদা সনা তাঙ্গা কোটি তরানিপাল দান তৌরমই। মহারাজসু ধনেশ্বর নিংথৌগুম্বা দাতা অমনি।"

ব্রাহ্মণগী মন্না তাবদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা লনগৈ পান্নবা কৌথোক্লমই অমসুং হায়রমই—"ব্রাহ্মণ অসি ঐগী লনগৈদা পুশিল্লু। মহাক্না পাম্বমখৈ পিথো।"

ব্রাহ্মণ অদু লনগৈ পান্নবা নিপা অদুগা লোইননা লনগৈ তান্না চংলমই অমসুং মনিং তৌনা মহাক্না অপাম-অপাম্বদা থন্দুনা লৌরমই। ব্রাহ্মণ অদুনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌবু আশীর্ব্বাদ তৌরম্লগা মরৈবাক্তা হনখি।

হ্নারী অসি লীবা হেক লোইবম্না কুম্মাপলগুবা লাইফদিবী চন্দ্ররেখানা হায়রমই—"মহারাজ, বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতৌগুম দান তৌবা ঙম্লিগদবা লৈরবদি সিংহাসন অসিদা লেংথংপিরকউ।"

লাইফদিবীগী মন্না তাবদা ভোজ নিংথৌ রা ঙাংখিদ্রে, তুমিন লৈথরে।

# কুম্ভ্রাশুবা লাইফদিবী

## হংসগামিনী

মথংগী নুমিৎ অহুস্থু ভোজ নিংথৌ যাগ-যজ্ঞ লোইদুনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা ফমলম্বা সিংহাসন অহুদা লেংখৎকে হায়দুনা কুম্ভ্রাশুবা লাইফদিবী হংসগামিনীগী মকোক্তা মখোং হেক থাঙ্গৎপদা লাইফদিবী অহুনা হায়রমই—"মহারাজ, সিংহাসন অসিগী মপুদি বিক্রমাদিত্য নিংথৌনি। বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতৌগুম নগুণ লৈরবদি সিংহাসন অসিদা লেংখৎপিরকউ।"

লাইফদিবীগী মরা তাবদা ভোজ নিংথৌনা হায়রমই—"বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মগুণ হায়য়ু, তাসি।"

মতাং অসিদা লাইফদিবী অহুনা ৱারী অসি লীরমই—"নোংমা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা রাজসভাদা লেংশিন্দুনা লৈরিঙৈদা নিপা অমা লাক্লমই। মহাক্না বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা হঙ্গৎলমই—"মহারাজ, ঐহাক মিত্রং হৈবা নিপা অমনি। মহারাজগী মমা মাংদা ঐহাক মিত্রং থরা উৎচনিংই।"

নিপা অহুগী মৱা তাবদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা হায়রমই—"য়াম্না ফবা ৱানি। ঐহাক হয়েং অয়ুক নংগী মিত্রং য়েংগনি। হয়েং অয়ুক ভম্তা লাকউ।"

মথংগী নুমিৎ অহু বিক্রমাদিত্য নিংথৌ অঙম-অথৌশিংনা থৌগল তৌদুনা রাজ-সভাদা লেংশিন্দুনা লৈরমই। মতম অসিদা নিপা অমা চংলকই। মহাক্কী মশক অহু অঙকপগী মশক্নি। মশা অহু ৱাংই, চাউই, মশম অহু য়াম্না পৌরমই; মুশিন মুবা মকোক্ অহুনা মথবাক অহু কুপ্লমই। মরেংবান্দা থাংশাং অমা হায়গৎলমই। মহাক্না মশক-মতৌ ফজরবী মুপী অমগা লোইনরমই। রাজ-সভাদা তিল্লমলিবা মীশিং অহুনা মহাক্কী মশক উবদা ইঙক ঙক্লমই।

নিপা অতুনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা ভক্তি তৌরমই। মহাক্না হায়রমই "মহারাজ, ঐগী ইপুন্সি অসি অরাথনি। ঐহাক মতম অমদা দেবরাজ ইন্দ্রগী মরুপ অম ওইরমই। শাপ ফংবা মরমদগী ঐহাক অসুক কুইবা অসি পৃথিবী অসিদা কোয়চৎ চৎতুনা লৈরবনি। হৌজিক স্বর্গদা লাইশি গা হিংচাবশিংগা কন্না লান শোক্লরি। মরম অতুনা ঐহাক হৌজিকমক লান য়াওবা স্বর্গ তান্না চৎকনি। ঐহাক্না লোইনরক্লিবা নুপী অসি ঐহাক্কী নুপীনি। পৃথিবী অসিদা মহাকপু থনম্বা তারবদি মহারাজগী স্না নাক্তা থনম্বা নংতনা অতোপ্পা মফম অমদা থম্ফম লৈতে। মহারাজদি নুপী পুন্নমকপু ইমানি হায়না নিংই। মরম অসিনা ঐহাক্কী নুপী অসি মহারাজদা শিন্নজরমগে।"

নিপা অসিগী মন্না তাবদা রাজ-সভাদা তিল্লমলিবা মীশিং অদু থোইনা হেন্না ঙক্লমই। নিপা অতুনা হায়জবা অদু বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা য়াবমই।

নিপা অতুনা মহাক্কী নুপী অদুবু বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা শিন্নরম্লগা মথকলোমদা অসুম অসুম কাখৎখিতুনা মমৈদদি মশক উখিদ্রে। থোদোক অসি উবদা মীশিং অদু হায়নিঙাই লৈতনা ঙকখরে।

ঙহাক লৈরগা নোংমদোন অতিয়াদা মহৈ মহৈ লাওনবগী অমস্নুং কপ্পবগী খোঞ্জেল তারমই। "হাৎলো, হাৎলো' হায়বা খোঞ্জেলনা ইনিল নিল্লমই। রাজ-সভাদা তিল্লমলিবা মীশিং অদু থোইনা হেন্না ঙক্লমই।

মতম থরগী মন্নুংদা ইথং খংহৌদনা মথক্তগী থাংশাং অমা রাজ-সভা ময়াইদা তারকই। থাংশাং অদু ঈ তৈরমই। ঙহাক লৈরগা খুৎ নামা তারকই, খরা লৈরগা খুৎ নামা অমমুক তারকই। মতৌ অসুন্না থোং, কোক মথং মথং রাজসভাদা তারক্লে। অসুম য়েংশিন-খিবদা খঙলে মতুদি মশা মচেৎ মচেৎ তারক্লিবা অদু ঙসাইগী মথক্তা

লান শোক্নবা চংখিবা নিপা অহুগী ওইরম্লে। মহু উবদা ময়াম অহুনা খঙমই মহুদি নুপী অহুগী নিপা অহু শিরে।

ওহাক লৈরগা নিপা অহুগী নুপী অহু রাজসভাদা চেনশিল্লকলে। মপুরোইবগী মতৌ অহু উবদা মহাক হোৌনা হোৌনা কপ্লকলে। ময়াম চংহুনা মহাকপু পেন্নমই।

ময়াম চংহুনা থেঙ্গা অহুদা নুপী অহু কপ্পা তোক্লে। মহাক্না বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা হায়জরমই "মহারাজ, ঐগী ইপুরোইবা লান্দা শিখবে। ঐ লুখ্রাবী ওইহুনা হিংহুনা লৈজনিংদ্রে। ঐ মৈনুংদা চোংশিন্দুনা থরাই থাজরগে।"

বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা য়ানিং য়ানিংদনা য়াথং পিরমই। নিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্না মৈ হোৌগংলমই। নুপী অহু মৈনুংদা চোংশিন্দুনা মথরাই থাখরে। মতম অহু নুমিৎ ময়ুম চংখরে।

নোংঙাল্লে। বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা রাজসভাদা ফম্লিবৈদা শিখরে হায়নরিবা থাংশাং পাইবা নিপা অহু ফাওরক্লে। মহাক্না হায়রকই—"মহারাজ, ঐনা স্বর্গ হেক য়োবদা লাল অহু হায়ফেৎ কল্লমলে। হিংচাবশিং অহু ফনা য়াম্না শিরম্লে। ঐগী ইথৌনা উবদা দেবরাজ ইন্দ্রনা পেনবিরমই। মহাক্না হায়বিখি ওসিদগী হোৌনা নহাক পাপ কোকচরবনি। নহাক স্বর্গদা লৈবা য়ারগনি। মতম অহুদা ঐনা দেবরাজদা হায়জৈ, ঐগী নুপীদি পৃথিবীদা লৈহোৌরি। মহাক্না নুপীগা লোইননা লাকচৌ হান্নবা ডাকপিরকপা মতুং ইন্না নুপী লৌবা লাকচরিবনি। ঐগী নুপী পিবিরো, স্বর্গদা পুজরগে।"

নিপা অহুগী মরা তাবদা রাজসভাদা তিল্লমলিবা মী পুম্নমক অহু ইঙক ওক্লমই। মী অমতা মচিন কাংথোকখিদ্রে। মী পুম্নমক তুমিন তুমিন লৈনবা মতৌ অহু উবদা নিপা অহুনা হায়রমই—"মহারাজ য়া অমতা ঙাংথোকপিদবা করিগীনো? রাজ-সভাদা তিল্লমলিবা মীশিং অহুনা থোকখিবা পৌদোক অহুগী য়া অমতা

চিংথদনা নিপা অদুদা তল্লমই।

ময়ামগী র্না অদু তাবদা নিপা অদু হৌনা হৌনা নোক্লমই। নিপা অদুনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা হঙ্গৎলমই—"মহারাজ, মহারাজ-গা চাংদম্নবা য়াবা নিপা অমতা পৃথিবী অসিদা লৈতে। মতম্ কুইনা নিংথৌ ওইদুনা পানবিয়ু। ঐহাক্তি মিত্রং তৌদুনা চাজবা নিপা অমনি। ঐহাক্না মিত্রং উৎচবতনি।"

হায়নরিঙৈ মতম অসিদা মিত্রং তৌবা নিপা অদুগী মুপী অদু রাজসভা অদুদা খংফাও ফাওরক্লে। অসিগুম্বা মিত্রং অসি কনা অমতনা মমাংঙৈদা উখিদ্রি। রাজ-সভাদা তিল্লমলিবা মীশিং অদুনা মিত্রং তৌবা নিপা অদুবু য়াম্না থাগৎলমই।

মতম অসিমক্তদা থোংশংবা নিপা অদুনা রাজ-সভাদা চংলক্লুনা মহারাজদা হঙ্গৎলে "মহারাজ, পাণ্ড্য লৈবাক্কী নিংথৌনা মহারাজদা সনা তাঙ্গা কোটি নিপাল, মুক্তা তোলা লক্ষ কয়ামকম, শামু য়াংখৈ, শগোল চহুম অমম্লুং মীনাই মুপী চামরি লোইপোৎ কাররি।"

খুদক অদুমক্তদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা থোংশংবা নিপা অদুদা হায়রিবা পোৎশিং অদু লোইনা পিথোকথো হায়না য়াথং পিরমই। মিত্রং তৌবা নিপা অদুনা পোৎশিং অদু পুদুনা মহাক্কী মুপীগা লোইননা মযুম তান্না চৎখি।

রারী অসি লীবা হেক লোইবগা কুম্ব্লাঙবা লাইফদিবী হংসগামিনীনা হায়বকই—"মহারাজ, বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতৌগুম দান তৌবা ঙমগদবা লৈরবদি সিংহাসন অসিদা লেংখৎ-পিরকউ।"

লাইফদিবীগী ময়া তাবদা ভোজ নিংথৌ তুমিন লৈখ্রে।

## কুম্ভ্রামাথোইগুবা লাইফদিবী

### রসবতী

মথংগী নুমিৎ অদুদু ভোজ নিংথৌ হৌনবী খাগ যজ্ঞ পুজান-চিংবা লোইরদুনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা ফমলম্বা সিংহাসন অদুদা কাখৎকে হায়দুনা কুম্ভ্রামাথোইগুবা লাইফদিবী রসবতীগী মকোক্তা মথোং হেক খাক্‌ৎপদা লাইফদিবী অদুনা হায়রমই—"মহারাজ, সিংহাসন অসি বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা ফমলম্বনি। বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতৌগুম নগুণ লৈরবদি সিংহাসন অসিদা লেংখৎপিরকউ।"

লাইফদিবীগী মরা তারদা ভোজ নিংথৌনা হায়রমই—"বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মগুণ তাসি, হায়য়ু।"

মতাং অসিদা লাইফদিবী অদুনা রারী অসি লীবমই—"নোংমা তান্ত্রিক সন্ন্যাসী অমনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা হঙ্গংলমই লাক্লিবা অমাবস্যা অসিদা ঐনা শ্মশানদা যজ্ঞ অমা তৌগনি। মহারাজসু যজ্ঞ অদু য়াওবিগদবনি। মহারাজদি ধর্ম লৈ, পুকচেল ফজৈ অমসুং মীগী ফননবা তৌই। ঐনা হঙ্গৎচরিবা অসি য়াবিগনি হায়না আশা তৌজৈ। শ্মশান অসিদগী যম্না থাপ্লপনা চাওরবা বট পাম্বী অমা হৌরি। হায়রিবা বট পাম্বী অসিদা বেতাল অমা লৈ। ব্রা অমতা ভাংদনা মহারাজনা উজাউ অদুদা লৌরিবা বেতাল অদুবু লেংবান্দা থোক্ংতুনা যজ্ঞ মফমদা পুরকদবনি মহারাজনা চেংকশিনবিগদবদি ব্রা ভাংবিরুরবদি বেতাল অদু উজাউ অদু তান্না হুনখিগনি। মদুম তৌরবদি যজ্ঞ তৌবা য়াররোই, নিংবা থুংলরোই।"

তান্ত্রিক সন্ন্যাসীনা হায়বা অদু বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা য়ারমই।

অমাবস্যা নুমিৎতা শ্মশানদা যজ্ঞ হৌরমই। বিক্রমাদিত্য নিংথৌ শ্মশান তান্না লেংথরে সন্ন্যাসী অদুনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা বেতালনা লৈরিবা বট পাম্বী অদু থিন্দুনা তাক্লমই। থুরক অদুমতুদা

বিক্রমাদিত্য নিংথৌ অতু বট পাম্বী অদু তাল্লা চৎলমই। মহাক্না বেতাল অতু লৌথরক্লগা মরেংবান্দা থোঙ্গৎতুনা মফম অতু তাম্না লাক্লমই।

বেতাল অতুনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌ অতু ৱা ঙাংহন্নবা কন্না হোৎনরমই তৌইগুম্বসুং নিংথৌ অদু ৱা অমা ফাওবা ঙাংথোক্লমদে। ৱা ঙাংহন্নবগীদমক্তা বেতাল অতুনা নিংথৌ অতুদা ৱারী অমা লীরমই-"মফম অসিদগী থরা থাগ্রপনা হিমালয় চীংজাউগী চীংথোংদা লৈবাক অমা লৈ। লৈবাক অতুদা পানবা নিংথৌ অতুগী মমিংদি সুবিচারক কৌই। মহাক মমিংদা সুবিচাবক কৌবা নত্তে খবক্তসু সুবিচারকনি। মহাক্কী মচা নিপা অমা লৈরমই, মমিং ময়সেন কৌই। নোমা ময়সেন হায়বিবা নিংথৌ মচা অসি বন্দা শাদানবা চৎলমই। মহাক শা কোয়ত্তান তান্নবা অতুদা ঈশিং য়াম্না থোরাংলমই। মমৈথংদা মহাক পুখ্রি অমগী মপান্দা য়োরক্লে। পুখ্রি মপান অতুদা ব্রাহ্মণ অমা লাই নিংলমই। ময়সেন্না ব্রাহ্মণ অতুদা শগোলগী চুক্লি পাইতুনা শগোল অতু থাম্বিয়ু হায়জরমই নিংথৌ মচা অসিগী মৱাহৈ তাবদা ব্রাহ্মণ অতু য়াম্না শাওরমই অমসুং হায়রমই —"ঐহাক নংগী শগোল শেন্নবা শৈস নত্তে। করিগীদমক্তা নংগী শগোলগী চুক্লি পাইজরুগনি?"

ব্রাহ্মণ অতুগী মৱা তাবদা নিংথৌমচা অতু য়াম্না শাওরমই। মহাক্না খুদক অতুমক্তদা শগোল শাজৈ অহ্ননা ব্রাহ্মণ অতুবু শেৎ শেৎ কুরমই।

ব্রাহ্মণ অতু কপ্পা কপ্পা চৎখিতুনা নিংথৌদা ৱাকৎলুরে। মতু তাবদা নিংথৌ অতুনা মচা নিপা অতুবু হায়নিংঙাই লৈতনা শাওরমই। মহাক্না খুদক অতুমক্তদা মচা নিপা অতুবু লৈবাক অতুদগী তাম্থোকখো হায়না য়াথং পিরমই।

নিংথৌগী য়াথং অতু তাবদা কোনুং মনুংদা লৈব্রিবা মী পুম্নমকী অৱাবা ওইরমই। মথোয়না নিংথৌদা হক্কৎলমই—"নজা ইবুংঙোনা

অঙাং ওইবগী হৌনবা খঙ্দহনা মরাম অসি লংজরুবনি, মঙোন্দা অকনবা দণ্ডি পিবিগনু।"

অহল ওইরবা মন্ত্রী অহুনস্তু নিংথৌদা দণ্ডি অকনবা পিবিগনু হায়না হঙ্গৎলমই। মী পুম্নমক্কী মরা তারগা নিংথৌ অহুনা হায়রমই—"ময়সেন্না হৌনদবা থবক তৌরুরে। মরম অসিনা মহাক দণ্ডি খরদি ফংফম থোক্কই।" মহাক্না য়াথং পিরমই—"মহাক্কী মথুৎ নামা ককথংকদবনি।"

মতম অসিদা ব্রাহ্মণ অহুনা নিংথৌদা হঙ্গৎলমই—"এনা নিংথৌনচা অসি ঙাকপিরবনি। মহারাজনস্তু মহাকপু ঙাকপিয়ু।"

ব্রাহ্মণগী মরা তাবদা নিংথৌ অহুনা মচা ময়সেনবু ঙাক-পিরমই। ময়সেনগী মথুৎ ককখিদ্রে।

ৱারী অসি লীবা হেক লোইবগা বেতালনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা হংলমই - "ফরে, মহারাজ, মখোয় অনিগী মনুংদা কনাগী শুননা হেল্লি?"

বিক্রমাদিত্য নিংথৌ তুমিন্না লৈথোকপা ঙম্নমদে। মহাক্না খুন্নমই—"নিংথৌগী শুননা হেল্লি।"

বেতালনা নিংবা থু'লে। নিংথৌনা ৱা হেক ঙাংবগা বেতাল অহু বট পাম্বী অহু তান্না হনখরে। বিক্রমাদিত্য নিংথৌস্তু প্রপ্ প্রপ্ বট পাম্বী অহু তান্না চৎলমই অমসুং বেতাল অহুবু মরেংবান্দা থোঙ্গৎহুনা শ্মশান তান্না লাক্লমই।

বেতাল অহুনা ৱারী অনমুক লীরমই। ৱারী অহু লীবা হেক লোইবগা বেতালনা ৱাহং অমা হংলমই। বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা ৱাহং অহুগী পাউখুম পিরমই। মতৌ অমুম্না বেতালনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা ৱারী কুম্মঙা লীহনা নিংথৌনা ৱা ঙাংদবা অহু কুম্মঙাৱক থুগাইরমই। ৱাহং কুম্মঙাগী পাউখুম কুম্মঙা অহু তাবদা বেতাল অহু পেল্লমই। মহাক্না মহারাজদা হায়রমই "তান্ত্রিক সন্ন্যাসী অসিনা নহাকপু বলি কৎকদবগী থৌরাং তৌরি। চেকশিল্লু।"

মতু তাবদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা হায়রমই – "করি ৱানো ?"

বেতালনা হায়রমই—"মহাক্লা ঐবু যজ্ঞ মফম তান্না পুরবদি তান্ত্রিক সন্ন্যাসী অসিনা মহাকপু দেবীদা খুরমঙ হায়গনি। মহাক্লা দেবীদা খুরম্লিরৈঙেদা মঁহাক্লা থাংশাং অমনা মকোক ককথৎতুনা হাৎকনি। অতুদগী যজ্ঞগী মহৈনা মহাক বেতালসিদ্ধ ফংগনি। মহাক্কী মশা অতুনা যজ্ঞ তৌরবদি মহাক অষ্টসিদ্ধিসু ফংগনি।"

মতু তাবদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা হায়রমই—"অতুদি ঐনা হৌজিক তৌগদবা করিনো ?"

বেতালনা হায়রমই—"তান্ত্রিক সন্ন্যাসী অতুনা মহারাজদা দেবী খুরমঙ হায়রকপা মতমদা মহারাজনা হায়বিগনি, ঐদি নিংথৌ কয়ামরুমগী মথক্তা পানবা নিংথৌনি পুন্সি অসিদা মী অমতদা খুরমদ্রি। ঐ খুরম্বা হৈতে। করম তৌনা খুরম্বা হৌনবগে হায়বা অতু হান্না তাকপিরগা খুরমজগে। মহাক্লা খুরম্বা তম্বিরিঙেদা মহাক্লা থাংশাং অতুনা মহাক্কী মকোক ককথৎলু। মসি তৌবা ঙম্লবদি মহারাজনা অষ্টসিদ্ধি ফংবিগনি।"

বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা বেতাল অতুবু পুতুনা যজ্ঞ মফমদা য়ৌরক্লে। তান্ত্রিক সন্ন্যাসী অতুনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা দেবী খুরমঙ হায়রমই। নিংথৌনা বেতালনা তাকপা মতুং ইন্না মঙোন্দা হায়রমই—"ঐদি নিংথৌ ময়ামগী মথক্তা পানবা নিংথৌনি, ঐহাক ঙসিফাওবা কনাগুম্বা অমদা খুরমদ্রি। ঐহাক খুরম্বা হৈতে, করম্না খুরম্নবগে হায়বা অতু তাকপিয়ু।"

ৱা অসি তাবদা সন্ন্যাসী অতুনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌবু খুরম্বা তম্বিরমই। মহাক্লা মকোক লুকথগ্রিরৈঙেদা নিংথৌনা সন্ন্যাসী অতুগী মকোক অতু থাংশাংনা ককথৎলমই। বিক্রমাদিত্য নিংথৌ মতৌ অসুম্না অষ্টসিদ্ধি ফংখি। মতম অতুদা বেতালনা মিনিংবা ৱর নিজৌ হায়রমই।

বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা হায়রমই - "ঐহাক থোইদোকপা বর পামজদে। হৌজিক ফাওবা এগী অরাং-অপা লৈজদে। বর পিবিগে হায়বিরবদি হেক নিংশিংজবদা নহাক্না হেক থেংনজব অহুগুম্বা বর অহু পিনবিয়ু।"

বেতাল অহুনা নিংথৌনা নিংজরিবা অহু থুংজরো হায়রম্লগা মহাক্তী লৈফম তাল্লা চৎখয়ে।

রারী অসি লীবা হেক লোইবগা কুম্থ্রামাথোইশুবা লাইফদিবী রসবতীনা হায়রমই—"মহারাজ, বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতৌগুম পুকচেল চাওরবদি সিংহাসন অসিদা লেংখৎপিরকউ।"

লাইফদিবীগী মরা তাবদা ভোজ নিংথৌ তুমিন লৈখরে।

## কুম্থ্রানিথোইশুবা লাইফদিবী
### উম্মাদিনী

মথংগী নুমিৎ অহুস্থু ভোজ নিংথৌ যাগ-যজ্ঞ-পূজানচিংবা লোইরহুনা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা ফমলম্বা সিংহাসন অহুদা লেং-খৎকে হায়রুনা কুম্থ্রানিথোইশুবা লাইফদিবী উম্মাদিনীগী মকোক্তা মখোং হেক থাঙ্গৎপদা লাইফদিবী অহুনা হায়রমই "মহারাজ, সিংহাসন অসি বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা ফমলম্বনি। বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতৌগুম নগুণ লৈরবদি সিংহাসন অসিদা লেংখৎপিরকউ।"

লাইফদিবীগী মরা তাবদা ভোজ নিংথৌনা হায়রমই—"মহারাজ বিক্রমাদিত্যগী মগুণ হায়য়ু, তাসি।"

মতাং অসিদা লাইফদিবী অহুনা রারী অসি লীরমই—"মতম অহুদা পৃথিবী অসিদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতৌগুম্বা থৌনা ফবা, পুকচেল চাওবা অমস্থুং লাইরিক—লাইশু হৈবা নিংথৌ অমতা লৈরমদে; মহাক্না থাংশাং অমতগী মপান্না পৃথিবী অসি জয়

তৌরমই অমস্তুং পৃথিবী অসিগী নিংথৌ ওইরমই। মহাকথক্তা ছরান-চিম্থি লৈরমদে। য়ুম অমতা অহিংদা থোং লোন্দুনা তুম্বা হায়বত্ থঙলমদে। মহাক শাস্ত্র পুম্নমক চংখোন্না হৈরমই। মহাক্নবা দাতা অমতা পৃথিবী অসিদা লৈরমদে। মহাক্না লৈত-লাইরবা মীশিংদা সনা তাঙ্গা কোটি কোটি দান তৌরমই।

হায়রিবা বিক্রমাদিত্য অসিনা নিংথৌ ওইরিঙৈ মতমদা উজ্জয়িনী লৈবাক্তা থা অমদা নুমিৎ নিপান্নি কৈথেল ফন্নমই। কৈথেল নুমিৎ নুমিৎতা অংোপ অতোপ্পা লৈবাক্কগী মী য়াম্না তিল্লে অমস্তুং পোৎ-চৈ লৈথোক লৈশিন তৌরে। শিংতবা পোৎচৈ মখ মহারাজগী য়াথং মতুং ইন্না মনাইশিংনা লৈশিন্দুনা পৈশিল্লমই।

নোংমাদি কৈথেল থম্নকলবা সন্ধ্যাগী মতমদা নিংথৌ মনাইশিংনা শিংতবা পোৎ লৈশিনগদবগী থোকখিবদা কৈথেল মচী অমদা ব্রাহ্মণ অমনা য়োংনা শাবা থিরবা মূর্ত্তি অমা মমাংদা থাদুনা ফমলম্বা থেংনরুরে। মখোয়না হ বদা ব্রাহ্মণ অদুনা হায়রমই মদুদি মহাক্না য়োল্লিবা মূর্ত্তি অদু অলক্ষ্মীগী মূর্ত্তিনি হায়দুনা কনা অমতনা লৈবিরমদে। ব্রাহ্মণ অদুনা মখা তারমই, নিংথৌ মনাইশিংনা শিংত-শিংতবা পোৎ লৈবি হায়বা তাবদগী মহাক নিংথৌ মনাইশিংবু ঙাইদুনা লৈরম্লিবনি।

নিংথৌগী মনাইশিং অদুনা অলক্ষ্মীগী মূর্ত্তি অদু থংলৈ লৈরমদে। মখোয়না ব্রাহ্মণ অদুবু নিংথৌ তান্না পুরমই। বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা রারম পুম্নমক তারগা মমল পিদুনা মূর্ত্তি অদু লৈননবা য়াথং পিরমই।

নিংথৌ য়াথং অদু তাবদা ব্রাহ্মণ অদুনা হায়রমই—"মহারাজ, মূর্ত্তি অসি লৈবিবা তারবদি রাশকপিয়ু মূর্ত্তি অসি হুনজেল্লোই হায়না। কোন্নুংমক্তদা মূর্ত্তি অসি থম্বিয়ু। ঐহাক্না মূর্ত্তি অসি মতম কুইনা সেবা চৎচরক্লবনি, অস্মুক কুইবা অসি ঐহাক লাইরজরক্লবনি। মী কয়া কয়াগী মফমদা চৎলুরে, কনা অমতনা মূর্ত্তি অসি লৌবিয়

হায়বা য়াদে। মরম অসিনা ঐহাক মূর্ত্তি অসি য়োম্হোক্কে হায়দুনা কৈথেন্দা পুথৎচরকপনি। মহারাজনা মূর্ত্তি অসি লৈবিরবদি ঐহাক মতম পুম্নমক্তা মহারাজগী লম্মন তোন্দুনা লৈবগনি।"

ব্রাহ্মণগী মরা তাবদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা সনা তাঙ্গা লক্ষ অমা পিদুনা ব্রাহ্মণ অদুদগী মূর্ত্তি অদু লৈহোরে। বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা অলক্ষ্মীগী মূর্ত্তি অদু হিপফম কাদা থমদুনা লাংখবে।

অহিং অদুদা খোঞ্জেল অমা তাবদগী বিক্রমাদিত্য নিংথৌ অদু মিকপ থ থোক থোক্লমই মহাক্না উরমই. যুমযাই অদুদা মশক-মঙো ফজরবা অমদি রাশি-হঙণ চংথাল্লবী নুপী অমা লেপতুনা লেললমই। মহাক্কী মশক মতৌ অদুনা ইমুং অদু পুমণ্ডাল ঙাল্লমই। থম্বালগী মনম্মা ইমুং অদু মনম য়াম্না শংশিবমই। অদু য়ৌনা থেংলবা মহি অদুদা নুপীনচা অমা হিপফম কাদা লেপতুনা লৈবা উবদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌ অদু ইঙকউ ঙংমই। মহাক্না হংলমই "কনানো ইবেম্মা নহাকপু? অস্সুক থেংলবা মহিংদা ঐগী ইমুংদা চংলক্লিবা কবিগীনো? করি পাম্বগে হায়ম্।"

নুপী অদুনা খুল্লমই—"ঐহাক রাজলক্ষ্মীনি। অস্সুক কুইবা অসি ঐহাক নহাক্কী কোন্নুং অসিদা য় ডাইনা লৈবকপনি। ঙসিদগী হৌনা মফম অসিদা ঐগী লৈফম লৈত্রে। নহাক্না অলক্ষ্মীগী মূর্ত্তি পুশিল্লকলে। লক্ষ্মী অমসুং অলক্ষ্মী অনিমক মফম অমতদা পুল্লপ লৈমিন্নবা য়াদে। নহাক্না অলক্ষ্মীবু লোৎোকত্রবদি ঐহাক কোন্নুং অসি থাদোক্কুনা চৎপা তারে।"

বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা হায়রমই- "ঐহাক্না ব্রাহ্মণগী মফমদা মূর্ত্তি অসি থমগনি হায়দুনা ৱাশকখরে। মূর্ত্তি অসি পুথোকখ্রবদি ঐহাক অচুম্বা লম্বী চৎপা ঙমদবা তারে।"

রাজলক্ষ্মীনা হায়রমই "অদু ওইরবদি উপায় লৈত্রে। ঐহাক কোন্নুং অসি থাদোক্কুনা চৎপা তারে।"

অসি হায়রম্লগ রাজলক্ষ্মী মাংখরে

ওঢাক লৈরগা মতিক মগুণ লৈরবা নিপা অমা চোংথোরক্লে। মহাক্না হেক চোংথোরকপগা ইমুং অহু পুমণ্ডাল ওাল্লমই। বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা নিপা অহুদা মহাক্কী মণী-মথোং হংলমই। নিপা অহুনা হায়রমই "ঐহাক ধর্ম্ম হায়বা অহুনি। ঐহাক অস্থক কুইবা অসি নংগী কোনুংদা লুংওাইনা লৈরকপনি। হৌজিক অলক্ষ্মীগী মূর্ত্তি লৈববনিনা ঐহাক লৈবা য়াদ্রে। নহাক্না অলক্ষ্মীবু কোনুংদগী য়াম্না থুনা লৌথোকউ নত্রবদি ঐহাক কোনুং থাদোক্কুনা চৎলগনি।"

বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা হায়রমই—"ঐহাক্না অলক্ষ্মীবু কোনুংদগী লৌথোক্লবদি ঐহাক অচুম্বা লম্বী চৎপা ওমদবা তারে। ধর্ম্ম নহাক্না অচুম্বা লম্বী চৎকগ্ন হায়না ত্তাকপিরিব্রা?"

ধর্ম্ম পাউথুম পিরমদনা অহুম মাংখরে

মথংদা থৌনা ফবা হায়বহ্ন ফাওরক্লে। মহাকস্থ কোনুংদা অলক্ষ্মী পুশিল্লকলবনিনা লৈবা য়াদ্রে হায়রমই। মহুদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা হায়রমই—"ঐহাক্না অচুম্বা চৎক্কে হায়বগীদমক্তা লক্ষ্মীবু থাদোকথরে, ধর্ম্মস্থ ঐহাকপু থাদোক্কুনা চৎখরে, নহাকস্থ ঐবু থাদোক্কুনা চৎত্রবদি ঐগী উপায় লৈররোই। নহাক্না লেংদনা লৈবিবগীদমক্তা ঐহাক্না পৃথিবী অসি জয় তৌবা ওমজরিবনি। নহাক্তদি ঐহাকপু চানবিয়ু, ঐহাকপু থাদোকপিগনু।"

মহু তাবদা থৌনাফবনা হায়রকই "ঐবু লেংদনা লৈয়ু হায়রবদি অলক্ষ্মীগী মূর্ত্তি অসি থাপ্না পুথোকত্রো। মহুদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা হায়রমই—"মহুম তৌরবদি ঐদি অচুম্বা চৎপা ওমদবা তারে। অচুম্বা চৎপা ওমদবগী শক্তি শিবনা হেল্লা ফৈ।" রা অসি হায়রম্লগা বিক্রমাদিত্য নিংথৌ অহু থাংশাং পুথোরক্কুনা মওক কক্কদবগী থৌরাং তৌরমই। থূদক অহুমক্তদা থৌনা ফবনা

বিক্রমাদিত্য নিংথৌবু মথুৎ পাইহনা খাল্লমই অমস্তুং হায়রমই - মহারাজ, নখন্তা হাংতুনা শিজবা তৌহৈদে। ঐখোয় পুম্নমক্না নহাকপু পরীক্ষা তৌহনা য়েংবনি। নহাক্কী পুকচেল তপ্পা মতৌ অসি উবদা ঐখোয় ঙকতবা ঙমদে।”

থৌনাফবনা হায়রিঙৈ অসিমক্তদা লক্ষ্মী অমস্তুং ধর্ম্ম মফম অহুদা ফাওরক্লে। মখোয় পুম্নমক্না বিক্রমাদিত্য নিংথৌদা হায়রমই— “নহাক্নমনা পুকচেল তপ্পা মীগী মফমদা লক্ষ্মী ধর্ম্ম অমস্তুং থৌনাফবা লেংদনা লৈগনি। নহাক্না নিনিংবা বর ঐখোয়দা নিজৌ।”

মতু তাবদা বিক্রমাদিত্য নিংথৌনা হায়রমই—“ঐহাক্কী অরাং-অপা থোইদোকপা লৈজদে। মরম অহুন থোইদোকপা বর নিজনিংঙাই লৈতে। বর পিবিগে হায়ববদি নখোয় অহুম্লুক ঐগীদা লেংদনা লৈরিবা অসিদদি পিবিয়ু ”

“নংনা নিংলিবা অহু থুংজরো” হায়রল্লগা মখোয় অহুম অহু অহুম মাংখরে।

রারী অসি লীবা হেক লোইবগা কুম্ব্রানিথোইশুবা লাইফদিবী অহুনা হায়রমই—“মহারাজ, বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতৌগুম পুকচেল তপ্পবদি অমস্তুং থৌনা ফরবদি সিংহাসন অসিদা লেংখৎপিরকউ।

লাইফদিবীগী ময়া তাবদা ভোজ নিংথৌ তুমিন লৈখরে।”

ঙহাক রাথল তৌরগা লাইফদিবী অহুনা হায়রমই ‘‘ভোজ নিংথৌ নহাকস্তু বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মতৌগুম নগুণ লৈতে। নহাক্ত নত্তে, পৃথিবী অসিদা লৈরিবা নিংথৌ অমতা বিক্রমাদিত্যগা চাংদম্নবা য়াদে। হৌজিক্কী মতম অসিদদি নহাকস্তু নগুণ চেনবা নিংথৌ অমনি। হৌজিক্কী মতমদা নহাক্কী নতৌগুম্না দান তৌবা ঙম্বা অমস্তুং চাওবা নিংথৌ পৃথিবী অসিদা কনা অমা লৈতে। নহাক্তি নরমচং ফজৈ, অচুম্বা ঙাংই, লাই নিংই, লাইরিক-লাইশু হৈ অমস্তুং দান তৌবদা হালেংদে। নখোয়গুম্বা পুকচেল চাওবা মী

পোকপা অসিনা পৃথিবী অসি য়াইফরিবনি। মীথোই মীহেনবা মীতনা সিংহাসন অসিদা ফম্বা মতিক ওই। অচম্বা মীনা ফম্নবদি মশাগী ভইন্দবা মংই। মরম অসিদগীনি ঐহাক্না মহারাজবু লেংশংপিগন্‌দ্রে হায়না খাজবিবা। ভসি ইকোক্না নখোং শোকচবা ফংবা অসি ঐখোয লাইফদিবী কুম্ভ্রানিথোইগী পাপ কোকচবে।"

খুদক অতুমক্তদা অওকপা থোদোক অমা থোক্লমই। ভোজ নিংথোগী মনামত্তদা মশক মতৌ ফজরবী লাইরেম্বী কুম্ভ্রনিথোই লেপ্লবে। নখোয়না ভোজ নিংথৌদা ভক্তি তৌরমই। ভোজ নিংথৌনা মখোয়দা হংলমই—"নখোয় কনা কনানো? নখোয়না পাপ কোকপা হায়ববু করিনো? নখোয়গী নতৌ অসি উবদা ঐহাক পুনঙক্ ডবে নখোয় রা থুপকনু, শেংনা হায়দোকউ।"

ভোজ নিংথৌগী মরা তাবদা লাইরেম্বীশিং অতুনা হায়রমই—"মহারাজ, ঐখোয কুম্ভ্রানিথোই অসি লাইগী মচামক্তনি। পার্ব্বতীনা ঐখোযবু শাম্না লুনা তৌরিবমই। নোংমা মহাদেবগা পার্ব্বতীগা য়াবী শানিন্নাবঙেদা ঐখোয়স্ু হথং থংহৌদনা চংলুরে। মতুদা মহাদেবনা থংশাও শাওখিতুনা ঐখোয়দা শাপ তৌরমই। শাপ অতুগী মতুং ইন্না ঐখোয় কুম্ভ্রানিথোই থরাই পান্দবা লাইফদবী ওন্দুনা লৈজবল্লিবনি। মহাদেবনা শাপ তৌরবা মতুংদা হায়বিরমই—"নখোয় লৌবি-লৈরিবা ফিবম অসিদা দেবরাজ ইন্দ্রগী সিংহাসনদা নপতুনা লৈকবো।"

ঐখোয় ময়াম চংতুনা শাপ কোকহনবিনবা হায়জবদা মহাদেব ধ্যান তৌখরে। ভহাক লৈরগা মহাদেবনা হায়রমই—"থোইনা য়ারুগনু, শাপ শোইদনা কোক্কনি, মতম খরা চংদবদি য়ারোই। দেবরাজ ইন্দ্রনা মহাক্কী সিংহাসন অসি মর্ত্যগী নিংথৌ বিক্রমাদিত্যদা পিবগনি। অতুগী তুংদা সিংহাসন অসি ভোজ নিংথৌনা ফংলগনি। ভোজ নিংথৌগী মখোংনা নখোয় কুম্ভ্রানিথোইগী নকোক্তা নেংলরবা

অহ্নগা নখোয় খুদিংমক্না বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মগুণ তাকলবা মতম অহুদা নখোয়গী শাপ কোকনি।”

ঐখোয় কূন্থ্র্যানিথোইগী কোক্তা মহারাজগী খোংনা নেৎপিরে অমসুং ঐখোয় খুদিংমক্না বিক্রমাদিত্য নিংথৌগী মগুণ লৌজরে। নখোয় হৌজিক শাপ কোকচরে, স্বর্গদা চৎচরগে।”—লাইফদিবীশিং অহুনা হায়রমই।

অসি হায়রম্লগা লাইফদিবী কূন্থ্র্যানিথোই অহু স্বর্গদা কাখরে।

অসিগী তুংদা ভোজ নিংথৌনা শেল য়াম্না চংনা ফজরবা মন্দির অমা শারমই। মহাক্না মন্দিব অহুদা সিংহাসন অহু থম্লগা মহুগী অথক্তা মহাদেব অমসুং পার্ব্বতীগী মূর্ত্তি থম্লগা পূজা তৌরমই।

ভোজ নিংথৌ মতম কুইনা নিংথৌ ওইহুনা পাল্লমই। মহাকথক্তা লৈবাক মবা ওনা ইংনা পাল্লমই।

লোইরবা।

থুনা ফোঙ্লগনি ।　　　　তারিখ ঙাইবিয়ু ।

রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ বি-কম্‌না
সম্পাদন তৌবা

১। মৈতৈরোন অরিবগী রামায়ণ
( আদি অমস্থুং অযোধ্যা কাণ্ড )

২। রায়েল লাইরিক
সনা উপু

৩। হাওদৈজাম্বা চৈতন্য সিংহগী
লাইরিকশিং পুনশিনবা

— ফংকম —
রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ বি-কম্‌
থাংমৈবন্দ, খোয়াথোং
ইম্ফাল, মণিপুর ।